লৈশমচা তেতেজী

# খোঙথাং




অফোংবা :-

এন: বিরেন




# খোঙথাং

অনিশুবা শরুক

ইরবা :—
লাইশ্রমচা তোম্বো
হাওরং কৈরেল

কোংজবা:—
নিংথৌজম বিরেন
কয়েং খুরাও

অহানবা কোংবা :—
ডিসেম্বর ১৯৯৭, মশিং — ১০০০
কংফম থোকপা পুন্নমক অইবগীনি ।

মমল লুপা :— ১০০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )



নমকপ :— এম: আর: প্রিন্টিং ইন্দষ্ট্রি, পাওনা বাজার ইম্ফাল ।

# য়াহৈ খরদং

খোঙথাং অহান্ব অমসুং অনিসুবা শরুক, লাইরিক মচা অনি অসিগী মচল ওগরির রাখল্লোন কয়াসি খুন্নাই অসিগী মীয়ায় সুমৎ খুদিং ভাইহাক ফম্মিন চংমিন্নবদ খন্ন-পন্নহুনত লৈরব ভাক্কি। চোইজাহৈনন তাহুন লৈরব রাখল্লোন কয়াসি খুন্নাই অসিগী মীয়ায় অমুক্কং পুন্না খন্ন-নৈনমিন্নবগী তঙ্গা অমক্তং লৌবা ভন্নবদি ভসি মীয়ায় মায়োক্নরিব খোদোক-রাথেক কয়াসি মপুঙ ফানা মায়োক্নহুনা মতিক চাব খুন্নাই অমগী থাক্ত থাঙ্গংপ ভমগনি খঙ্গহুন রাখল্লোন খরদং খোমজিঙ্গবগা লাইরিক মচা অমমম ওইন পুথোক্নব হোৎনজক্নবনি।

তশেংবমক্তি, লাইরিক মচা অনিসি লাইরিক ওইন পুথোকপ ভমজৎসিংকি মেনিদকোগী জেনেরেল মেনেজর ওইনা থৌ পুবিরিব ঐগী মুংশিজরব ইযাম্ব ডব্লিউ: অপাবী সিংহগী মরিক চুন্নব পাউতাক কয়াগী মতেংননি। লাইরিকশিংসিন হিংলিবমথৈ ইয়াম্বগী তৌবীমল অহুম্মক লৈহৌরগনি, লোয়নন ঐগী পুন্সিদ শিংব ভন্নয়োইদব ইয়াম্বগী লমন তোনশিন্দূন অহুম্মক লৈহৌরগনি।

ঐগী নুংশিজরব ইচিন-ইনাওশিং — কৈশাম ইবোমচা, কৈশামপাৎ, মাইবম ইরাবন্ত, কৈশামপাৎ, সোরাম সুর্জবোরো, হাওরং কৈরেল অমসুং অকোপ্প কয়ান হরাও হরাও তেংবাং পিবিরকথিব থোইদোক্ন পেঙ্গবগ লোয়নন তৌবিমল খঙব উৎচরি।

লাইরিক মচা অনিসি পুথোক্নব হোৎনজরকপদ অচঙব মচাক কয়াগীদমক অচৌব থোদাং লৌবিরকথিব লোয়নম অক্নোঙব অমসু ওইবিরিবা নুংশিরব ইনাও এন: বিরেন, ওনরেবল এম: এল: এ:

সেকমাই কেন্দ্র, ইনাও অসিগী তৌবীমল পুস্তিদা শিংবা ওয়্মগনি থাজজগ্রে ।

এস: আর: প্রিন্টিং ইন্দষ্ট্রীগী প্রেস সেক্সনগী মীওই পুম্বন পোৎথাব খিদন তেল্ল-তেল্লবা মতমগী মমুঙদ য়াম্ন হবাওন লাইরিক ওইন পূথোক্লব হোৎনবিয়কখিব থোইদোক্ল পেঞ্জবগ লোয়নন থাগৎচরি

ইরৈবাকচাশিংন লাইরিক মচা অনি অসিগী রাথল্লোল কয়াপি নৈনখিরগ অথঙ-অহৈগী মশিং থোক্তদোক্ল অরাৎপ লৈত্রব ঐথোয়গী থুম্নাই অসিগী অথঙ-অহৈশিংন হেন্ন কুপ্ন অমস্নুং মমুৎ তানা অমদি নৈমম রাথল্লোল কয়া পুথোকপিত্নন মায়োক্লরিব অরা-অনা অমদি থোদোক রাথোক কয়াসি নিংখিন মায়োক্লত্নন থুম্নাই অসিবু অরাংব থাক্ত থাংগৎপ ওয়্মবগী মচাক কয়া পিবিওক্লবদি হোৎনজক্লবগী মহৈ য়াল্লে ফুংঙাইজগনি। লাইরিকশিং'সিদ য়াওখিব অশোয়-অঙাম কয়া তাকপিরক্লপ হয়্রাওন লৌজগনি লোয়নন চুযথোক্লব হোৎনজগনি ।

—অইব

# য়াওফম তাকপা

২ মনিপুরগী শীকপ্পবা ভম্পাক অসিদা য়েক খুদিংমক্কী নিংথৌ অময় পাল্লকপগা লোয়ননা চৌংগী লময়দম্ থুল অমগী নিংথৌ অমা অহৌম্বক পাল্লকই। ভসি ফাওবদ চৌঙগী লমদদি নিংথৌ পাখংগী চংনবী মুংত্রি। নিংথৌশিং অসিগী ময়ুক্ত অমনা অময়ু নমথনহংগী লান, লমখৈগী লান, ঙিক্কীগী, লময়ন থুম্বগী লান অসিনচিংবা লানকয় কয়া অহৌম্বক থেংনয়কই। পাঙল খর লৈবা নিংথৌ অময়ু নমথনবগীদমক মপানগী লৈবাক অমগী মতেং লৌহুনা লান্দাবনচিংবদগী চহি কয়া, কয়ারক হয়া থুক্তাক-লান্সি থোকখিবা ভসি ফাওবা য়ারিনরি। চৌঙগী নিংথৌশিংগী ময়ুক্ত অমদি চৌঙ অমসুং তমগী নিংথৌশিংগী ময়ুক্ত য়াথোক কয়াগী লানকয় কয়া থেংনয়কই। অময়োমদ অমগী নিংঙোল অমদা থাজ-য়োঙনহুনা ময়ুপ-মপাঙ ওইমথিদবসু নত্তে।

৩ য়াথোক কয়াগী লানফম কয়া, ময়ুপ-মপাঙ ওইবগী নকুবা. ময়ী অমদি মনিপুরগী অকোয়বদ লৈরিবা মপানগী লৈবাকশিংনা লান্দায়কপদগী ঙাক্থোকবা শেমশাবা অসিনচিংবা ময়ম কয়ামুক্তা ময়ুওইবা মচাক ওইহুনা অপুম্বা লৈবাক-থুম্নাই অমা ওইহল্লে। মপানগী লৈবাকশিংদগী মশাবু ঙাবচনবগী থৌয়াঙ অমদি লৈবাক মমুংগী ওইবা লম্বী থোং কয়া শেম-শাবা হায়বসি অচৌবা মচাক চঙদবা য়াদে। মতম অহুদা, লমদম অসিগী শেম্থোক লম্বী ময়াং ফায়দবদ মত্তনা চংথোক-চংশিনগী লম্বী থোং কয়া অয়া মায়োক্নরিবনি। চৌঙগী নিংথৌশিংনা তমগী ময়োলদ পাল্লিবা নিংথৌদা লোইপোং ওইনা কাহুনা অপুম্বা লৈবাক-থুম্নাই অমগী লৌকম থোক্পা থৌদাং কয়াদা পুম্না শক্তক য়ামিয়য়কখিবনি। লৈবাক অসিগী ময়োলদা পাল্লিবা নিংথৌনা হকথেংননা শক্তক য়ায়কপা অমদি ময়োল অসিদ অপুম্বগী কোমুং ওইখিবগী ময়মদি লৈমায়গী ফিভম মতুংইন্নিনি।

৪ য়েলহৌঙৈদা নোম্বা কয়া, অতোপ্পগী মখা পোন্দুনা হিংবা

প্মাথজনবা অমসুং মশাগী থৌনা লিংজেল কৈজবা থুক্লাই অমা ওইরমদবদি নত্তে। চৌঙমী-তম্মী অনিংক্লা মাগী মাগী মনাংকী ওইবা লাইনিঙ লাইশোন পাঙথোকচবদ অমনা অমদ অয়েং অপন পীনরক্তে, পুন্না শরুক য়াম্মিনরকপা ওসি ফাওবা কয়া অমা পাঙথোক্লি। লাইনিং-লাইশোনগী নিঙচম্বা অহুম্মক লৈজরকই।

৩ হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিন:—

১ লাইনিংথৌ চয়াইয়োংবগী সনা হাওত্তগী "ময়ামন্দি ধর্ম্ম"গী ইথিন চঙবা হৌরকখি। তৌইগুম্বসুং নিংথৌ, অঙম-অথৌ অমসুং লৈপাক-মীয়াম্না য়াদবা ময়ামদগী তং-ত্তানা লৈত্তাবমক্তি ওমখিদে। অদুবু, লৈমা অমদি অঙম-অথৌ থরগী অয়োম্বা শয়োদগী ধর্ম্ম অসি মরু ত্তম্বদি হৌখি।

২ মচাইথুংডো পামহৈবনা ফম্বাল কাম্বা মতুংদ বঙ্গালদগী লাকপা 'ময়ামন্দি ধর্ম্ম' শন্দোকপা শান্তদাস গোসাই কৌবা অমদা নিংথৌ মশামক অমসুং অঙম-অথৌশিং কয়া লাইমিং লৌখি। লোয়নন্না "গম্ভনিয়াজ" হায়না মিংথোল লৌহ্না লৈবাক ঙাক্লে। ধর্ম্ম অসিবু পামজদবা তুংগী থঙবা ওম্বা মাইচৌ কয়া থুপথে; মীওই কয়া অদনা চীঙথোঙ চীঙয়াদা শাইদাংকম লৌনখ্রে।

৩ লমদম অসিগী মশাগী লৈজরম্বা লাইনিঙ মরু ফংনা মাঙহন্দুনা ময়ামন্দি ধর্ম্মবু মপাঙ্গল কন্না হিংহম্বা ওমবগীদমক সান্তদাসনা নিংথৌদা চিয়োন কয়া চঙহ্না মমল নাইত্রবা পুয়া কন্না থোমগত্তুনা থৈ থাদোকহনখ্রে। ধর্ম্ম অসিবু পামজদবা মীওই কয়া অহনপা চৈয়োক পীহ্না মীয়াম্বু কিহম্বগা লোয়নন্না নমহ্না ধর্ম্ম অসি চৌহল্লে। নিংথৌগী

য়াথংনা, নৈজরদ্বা ইয়েক শিজিন্নবদা অথিংবা থমহুনা ইনোং কয়াগা লোয়ননা বঙ্গল ময়েক শিজিন্নহল্লে। মসিনা চঙ্গ লোমচংনচিংবা কয়াদি অহৌংবা পীরম্রে লোয়ননা চয়েংনবা খোকহনবুনা খোয়ম কয়াদা মীয়ামু অমম্বা লম্বীদা খোঙদাহল্লে।

৪ খৃষ্ট চহি ১৭৭২ শুরকপদ নিংথৌ চিংথং খোম্বনা 'গৌরাঙ্গ ধর্ম্ম' দা লাইমিং লৌবগা লোয়ননা 'ভৈগ্যচন্দ্র' হায়না মিংথোল লৌহুনা নৈবাক ঙাক্লে। নিংথৌ অসিগী সনাহাক্তক'সিদ হিন্দু ধর্ম্ম লমদম অসিদা মরা চেৎনা লৈত্তাকম পীরে।

৪. হিন্দু ধর্ম্মনা পীরকপা শান্তু :—

বঙ্গালি ময়েক মহুৎশিন্না শিজিন্নরকপদগী ঈশাগী ইয়েক থুপল্লে। বঙ্গালি সাহিত্যাগী অচৌবা খোঙথাকম অমা পীরে। ইনাৎকী ওইবা খোয়ম কয়া বঙ্গালিগী মিং লৌরকপগা লোয়ননা মহৌশাগী অশেংবা শক্তম মাঙলক্লে। লাইশোম তিনশোন্দ অওবা কয়া লাকপদগী মশাগী লাইনিঙ লীচৎ চৎচবা মীওই কয়া মচিং-মরাংবা ওইনা উনরক্তুমা মীয়োং অমগুম লৌমরক্লে।

২ মীগী মরক্তা অনেম-অরাং অমদি অমাং-অশেং থাম্বগী চৎনবী নৈরক্তবা থুম্নাই অসিদা, ধর্ম্ম অসিনা লৈতারকপদগী অচৌবা অহোংবা পীরমে। ধর্ম্ম অসি লৌরবা তম্মীশিং অরাংবা থাক্তা থল্লে, অমরোমদা মসিবা থাইবুংবা চৎনবা চাওগী লমদ অমম্বুং লোয়রমদা খুনা-লৈতাকা মীওইশিংবু অনেম্বা থাক্তি লৌহুনা অমাঙবা কাঙমুপ ওইহল্লে। লৌরুপ্পা থাদবগী চৎনবীনা অচৌবা পল ওইহুনা লমলম অসিগী ময়াম শিংনা অকম্বুং চাবো খোৎলৌনহনবা নৈজরদ্বা থুম্নাই অসি মচোক-মচোক থাংহল্লে।

৩ চীঙ্গাক্তা, অমাং-অশেং থায়েন্দুনা, নাখিবদু লৈবক্তাপদগী লুক্তিবা শোক্ষরকপগা লোয়ননা তুকক - তুকাই চল্লক্লে।

৪ অমাং-অশেং, অচৌ-পীশক, চোপ্পা-লেপ্পা, ইস্থোক-ইনশিন অদি-নচিংবা ধর্ম্মদা তাংজহল্লবা শাফু, য়াওবা ব্রহ্মসভাগী, চৈফুনা হিন্দু ধর্ম্মগী মতিক-মগাই হাপেকৎসকপদ খুদ্মাই অসিগী ইগী ইচেন্দা অকিবা তুজুংবগী ইথিন পীহনা থুংদা মীখা পোথবগী হৈনবী লৌচং অমা শোক্লকপগা ইরোয়ননা অমম্বা ঈপাক্ত ঈয়াক্তহল্লে। খুদ্মাই অসি থুংদা মচেং মচেং তাহল্লত নত্তনা চংনবী, কয়ানা শুনোগী শিনকম মচোদা অরেম খায়হন্দুনা অপম্বা থোকহল্লে।

৫ চহিচুপ্পা খা কাংদনা ধর্ম্মগী মিংদা প্লাংথোকপা হয়াও-কুইগী অমম্বুং উৎসব মেলা কয়ানা শু নোম্বা কাওবদুগী মুংতাইনা কয়া লেপ্পোকপগী হৈনবী অমা পীয়রে। ইশাগী ইথৌ কাওথোক্লুনা মীপাল তাংহনা হিংবগী হৈনবী রাথলোন চেন্নরে।

৫ মসিগী চৈথেং :—

১ ধর্ম্মদা তাংজবা শাফুনা মচেং তাহল্লবা খুদ্মাই অসিগী অপুবগী শক্তম তাক্লবা হোৎনবদা অহোবা কয়া লৈহল্লরে। মসিনা খুদ্মাই অসি মাঙখিবা য়াবগী অকিবা পোকহল্লরে।

২ হৈনবী শাজং-লৌচং, রাথলোন, শু-নোম্বা অসিনচিংবা কয়াদা মীপাল তাংলকপদগী খুদ্মাই অসিগী শেল-থুমগী ফিভম শোকচিল্লকপদা লাইরবশিংগী মশিং হেল্লংলক্লে। লোয়ননা হিংবা য়ারক্লে।

৩ পুম্নমকসিগী মহৈ ওইবা মসি নিঙতম্নে হায়রিবা মতম অদি কাওবদ শঙথিবা মচু অহুদি ইকোক কোক্তুবগী খুদ্মাই অসিনা

খেংনরিবা অমদি ঋায়োক্লরিবা ওসিগী ঋাথোক-লাম্চোক কয়াসিনি।

৩ বৃটিশকী ইথিন :—

১ খৃষ্টগী চহি ১৭৬২ গী তম্মায় চল্লকপা অহুরাইদ মহারাজ জয়সিংহগা ইংরেজগা মরী থম্নবা হৌরকখি। ১৮৩৪ ইং ফাওবদি চুমতগী লান্দা তেংবাংনবা নত্তনা মনিপুরগী মহুতগী ওইবা থবক ইংরেজনা খুৎ থিংজিল্লক্তে। মহারাজ গম্ভীর সিংহগী মতম ১৮৩৫ ইংদগী বৃটীশকী পোলিটীকেল এজেন্ট অমা থম্না হৌখি।

২ চন্দ্রকির্তি মহারাজগী সনাহাক্তক ফাওবদ অফব মরী থম্নহুনা তেংবাংনবা নত্তনা লৈবাক মহুতগী ঋাথোক অমত্তদা খুৎ থিংজিল্লক্তে। অহুবু মজাইবুংগো সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা মতমদা নিংথৌমচা মশেলগী মরক্ত থরুম থম্নরকপদগী কাঙলুপ অনি থোক্লহনা কাঙলুপ অমনা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মথক্তা লান্দাবদগী সিংহাসন থাদোরম্লে।

৩ ১৮৯০ ইংদা মনাও ইবুংঙো কুল্লচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে। মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রিমহুদনা হায়জবগী মতুংইন্না মতমদুগী ভারত সরকারনা কুল্লচন্দ্রবু মনিপুরগী নিংথৌনি হায়না শকথওলে। অদুম-ওইনমক, থোক্লিবা ঋাথোক অদুগী মরুওইবা মরম টিকেন্দ্রজিৎনি হায়না লৌহুনা মহাকপু ফাননবগীদমক ভারত সরকারনা থৌরাঙ তৌরে।

৪ যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাননবা হোৎনবদ মীচম কয়া মীশি মীনা থোকখিধদগী মহুগী লমন থুমগীদমক মীয়ামগী ইহৌ অমা লাক্লে। মহুনা অসামগী চিফ কমিসনর কুইন্টন অমসুং মনিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট গ্রিমহুদ য়াওনা ইংরেজ মঙা হাৎখ্রে। থৌদোক অহুনা বৃটিশ অমসুং মনিপুর অনীগী মরক্তা লান্থেংনমবগী মৈ মুখা ওইনা থোকখ্রে। অমুম্না, তরামাপলগুবা চহি চানা লোইশিল্লকপগা লৌয়ননা

মনিপুরগী নিংতম্বগী মঙালসু লুপখ্রে।

৭ বৃটিশকী মখাদা মনিপুরগী ফিভম :—

হিন্দু ধর্ম্মনা য়াইথুংবা ওমহৌদবা চীংগী লমদা খৃষ্টানিতিনা পাক শন্না থুন্দা-লৈতাবগী খুদোংচাবা ফংখ্রে। লোয়নননা চীঙবুরোয়শিংনা হিংবগী খুদোংচাবা কয়া ফংলে। তম্পাকী শরুক্তনা বৃটিশকী লোইলম ওইবগী অরা-মুংঙাই মায়োক্নবা ফংলে।

২ সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজিগী মঙাল অমা লাকপগা লোয়নননা লাইরিক-লাইশু তম্বা, ফিজেৎ-ফিরোল, য়াথয়োন, শু-নোম্বা অসিন-চিংবা কয়াগী লমদ অওৱ অমমুক লাক্লে।

৩ লৈঙাক্লোন্দ অওবা কয়া লাকপগা লোয়নননা শেঙ্গ্ক লন্থী কয়া বৃটিশকী খুবাক্ত লৈরে। লমদম অসিদ অনৌবা ওইনা থোকপা বৃটিশকী কম্পানিশিংদা শাবা পোৎচৈ কয়াগী পোৎয়োনফম কৈথেল ওইররে লমদম অসিগী লৌউ-শিংউবগী পোৎথোক্না মমল নেম্বা অমরোমদ, মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎ-চৈগী মমলনা য়াংবা মরম্না মীয়ামগী শেল-থুমগী ফিভম শোকহল্লে। লমদম অসিগী মীশিংগী চাদা মরিফুতরা লৌউবা ওইবা লৌউবা অমনা লুপা চনি পীবা সাইকল অমা লৈরগা তোংবদি লায়রদনা কেরোসিন তিন অমা লৈবগীদমক কৌ শংবাই অহুমদগী তাদনা চঙবনা অচৌবা অরাবা অমা ওই।

৪ অমরোমদ, কম্পানিগী মপু ওইরিবা ইংরেজ অমসুং মথোয়গা য়ানবা ভারতকী মকম কয়াদগী লাকপা শেঙ্গাও পায়বা লয়োমশিংগী ফিভমদি হেন্না হেন্না ফগৎহল্লি।

লৌমীশিংনা লৌ পরি অমদা চহিদ লুপা মঙা থাজনা থীবা ওয়দহুনা লেয়া কংথোক্নবা য়াওরক্লে। ওলি কাওবা য়ারিনরি—"লৌ

পম্মি অমগা শরেং অমগা ওইয়ে"। লৌউ-শিংউবগী পোংখোক মরাঙ কায়না খোক্লবস্থু, ব্রিটিশশিংনা মিলস কয়াদা চেং ওক্হোক্লগা মপান্দা অকক্লবা লৈত্তনা খাদোক্লকপদগী চাক তাংবা কয়া খোকহল্লুনা লাইরবশিংগী ফিভম হেন্না হেন্না শোকচিলহনখি।

৬ খুবাই অসিগী শেল-থুমগী ফিভম অমদি হিংবগী ফিভম হেন্না হেন্না শোকচিল্লকপা থবক খৌশিন অসিদগী পেন্নরক্লহুনা ১৯০৪ ইংদা মনিপুরগী নিপীশিংনা খুৎলায় পায়দবা লানজং অমা ব্রিটিশ সরকারগী মায়োক্তা চঙবা হৌখি। লানজং অসিনা ব্রিটিশকী মায়োক্ত হৌবা খুবাই অসিগী ইহান হাম্বা নিঙতম ইহৌনি। মতম অসিবাইদগী, মনিপুরগী মপান্দ লাইরিক-লাইশু তম্বা কয়া য়াওরকপদগী লমদম অসিদ রাজনিতিগী অওবা অমা মরি তারকখি।

৭ ১৯৩০ ইংগী মতুংদগীদি অবেম্বা অমসুং অরাংবা থাকী লাইরিক্ তমকম শঙ কয়া লিংখত্তুনা পাক-শন্না মহৈ মশিং তম্বগী য়াওল অমা লাকখি। লোয়ননা রাজনিতিগী দল কয়া শেমগৎনবকখি।

৮ কুমজা ১৯৩৯ দা অনিশুবা খোঙজঙ ওইনা মনিপুরগী নিপীশিংনা ব্রিটিশকী মায়োক্তা খুৎলায় পায়দনা লান চঙহুনা খুবাই অসিগী অরাবা কোক্লবা হোৎনখি।

৯ মে, ১৯৪২ ইংদা মালেমগী অনীশুবা লান্নাও মনিপুরদা থুলরে। লমদম অসিগী মীওই কয়া "আজাদ হিন্দ ফৌজ" দা য়াওশিনহুনা ব্রিটিশকী মায়োক্ত লান্থেংনরে। লান্নাওগী অফি তুজুং অমদি অরা-মুংওাইগী চৈথেংগা ইরোয়ননা ১৯৪৫ ইংদা লান লেপ্লে। ব্রিটিশকী কাওলুপ্পা মায় পাক্লে। অশি অনা, অমাঙ-অতা, শাথিরবা লায়না অসিনচিংবা কয়া মায়োক্লরে।

১০ কুমজা ১৯৪৭ কী লোইশিল্লকপগা লোয়ননা মনিপুর নিঙ-থা তম্বা লৈপাক অমা ওইনা ব্রিটিশকী মখুত্তগী মাম্হোক্লে।

৮ নিঙ তম্নবা মনিপুর :—

মনিপুর, ব্রিটীশনা খুত্থম চন্দ্রি ভৈঙ্গী নিংথৌ-পাম্বা লৈবাক অচুগুম নিঙ-তম্নে। মহারাজগী মথাদ চিফ মিনিষ্টর য়াওনা মিনিষ্টরশিংগী কাউন্সিল অমগা লোয়ননা লৈবাক ভাক্লে।

১ মালেমগী ঈশিং-মুংশিং ফংলকপনা মরম ওইদুনা রাজনিতিগী দল কয়ানা মাগী অপাম্বা কোংদোক্লবগী খুদোংচাবা লৌনরক্লে। মীয়ামগী লৈভাক্কী অশেংবা মমি তাহন্নিঙব লুচিংবশিং থোক্লরক্লে। অপিকপা লৈবাক অমা ওইবত নত্তনা শেল-থুমগী ফিভম ফংতবনা "য়ামত্রাবদা অসামদ তিলহৌবা কৈ" হায়না অপাম্বা পীবা রাজনিতিগী দল; অনৌবা অপম্বা ভারত অমা শেম্বদ মনিপুরসু য়াওহন্নিঙবা লুচিংবশিংগী অপাম্ব, অসিনাচিংবা অপাম-পামদগী রাখল্লোন কয়া পুথোক্লরিভৈ, কুমজা ১৯৪৯গী সেপ্তেম্বর থানা লোইশিন্নকপগা লোয়ননা মনিপুর অপুম্বা ভারত শেম্বদা য়াওহল্লে।

৯ মীয়ামসু মীকপ থোকহন্নবা হোৎনরম্বা :—

মপাস্থোংদা নিং-তম্বা লৈবাক অমনি হায়না লৈরক্লবসু মুংগী নিংতম্বা অচুদি চহি চা খরগী মমাঙদগী য়াঙলক্লে। লাইনিঙ লাইশোন, ইয়েক-ইরোন, লোনচৎ-শাজৎ অসিনচিংবা কয়াদ মীপাল তাংলকপা, ধর্ম্মগী মিংদা পাঙথোকপা লৈসি-লৈথোক্লবা হুরাও-কুম্মৈ কয়া অমসুং ইমুঙ-মসুঙগী শিজিন্ননবা পোৎলম কয়াদা মীপাল তাংলকপা অসিনা মীপাল তাংবগী হৈনবী অমা ভসিদি খুন্নাই অসিদা মপুঙ মরৈ ফানা হিংলরে। অমরোমদ, লাইরিক লাইঙ হৈবগী চাংনগা রাংলকপগা নিংতম্বগী রাখল্লোন্দা তুকক-তুকাই চল্লে।

১ শক্তি অমদি শেলনা পুন্সিমী মহাওনি থন্নব', মোন্দুম-মোস্তেক মথক্তা য়াতাহনা লেম্বা পুন্সি অসিনচিংবগী রাখল্লে মা সুত্তাইবা পীবা ওমদবা য়াম্না তোম্মা রাখল্লোন চেম্বা মীথোইবা লুচি'বা অমনি হিজম 'ইরাবোৎ। নোংজু-মুংশো অমদি ম'কচি গী উলেন মাযোক্নহনা লৌবুক্তা থবক শুহনা খুন্নাই অসিগী থরাব হাপ্লিবা লৌমীশিংনা মশান পুথোকচবা পোৎথোক 'ফৌ' মশাগী কৈদা থমজিনভবদি লাম্নমলনা নোংমগী চবা শিংলকপা, শিন্মী কয়ানা মশাগী হুমাংমম্না ইমুঙগী চরা তম্বা শুমক্তবা অসিনচিংবা কয়াসি মতম অহুগী বৃটিশ সরকারগী লৈঙাক থৌশিল অহনা খোকহন্নবি হায়মা মীয়ামদা খঙহনবা হোৎনরকপা লুচিংবা অমনি।

২ বৃটিশকী কম্পানিশিংদা শাবা পোৎ-চৈশিংগী মমলনা রাংবা, লমদম অসিগী পোৎথোক্কী মমলনা নেম্বা অহুগী মথক্ত লৌউ-শিংউবগী পোৎথোক, মরুওইনা ফৌ, চেং ওন্থোক্নুনা কা-হেম্না মনিপুরগী মপান্দা থাদোকপা অসিনচিংবা থৌশিল কয়াদগী খুন্নাই অসিগী মীয়ামদ শেন্থুমগী ফিভম, হিংবগী ফিভম অসিনচিংবা হিরম কয়াদ পীরকপা চৈথেং, মসিনা খুন্নাই অসিবু অরাবা ঈপাক্ত ঈরাক্নহল্লকপা অসি উরগা য়াতান্নিবা মোল্লবা মোন্দুম মোস্তেক, তিংখং- তুম্বৌওম থল্লকখি। খুন্নাই অসিবু অমদি খুন্নাই অসিগী মীয়াম্বু মীকপ থোকহন্দুনা নিংতম্বগী মহাও অমসুং মতিক-ময়াই খুঙহম্বা তঙ্কাই ফত্রে থল্লকখি। লোয়নননা, মোল্লবা মোনপাক থক্তগী কুমথুরক্লুনা তিংখং - তুম্বৌ মরক্ত থোঙকম লৌহনা খুন্নাই অসিগীদমক বৃটিশ সরকারগী মায়োক্ত খুৎলায় প্নায়রবা লান চঙদবা ফিরেপ ক্লৌখিরা শক্তাইরা', লমদমসিগী খুমাঙয়াম্না লুচিংবা অমসুনি ইরাবোৎ।

৩ মীগী মরক্তা অনেম-অরাং অমসুং অমাং অশোং থায়রবা থর্ম্মগী

চৎনবী মুৎথত্তুনা মীগী মরক্তা খেন্নবা থমদবা, লাইনিঙ-লাইশোন্দা নিংতম্বা, হিংনবগী মচাক কয়াদা নিংতম্বা অসিনচিংবা, গনতন্ত্রগী মপুঙ ওইবা মচাক কয়া মীয়ামদ খঙহন্নবা হোৎনরম্বা অমদি মীওইবগী নিংতম্বগী মঙাল ৰংহন্নবা হোৎনরম্বা লুচিংবা অসিবু মতম অহুগী সরকারগী মায়োক্ত লালহৌবা অমনি হায়না মরাল শীন্নুনা জেলদা চহি কয়া থমখিবত নত্রনা মীয়োৎ অমা ওইহনখি।

৪ হেন্না খঙ্গোই শোক্লিংঙাই ওইখিবদি বৃটিশকী মথুত্তগী নিংতম্নবা ফাওবদ লিক্লাইগা পাংথক্নবা লুচিংবা অসিগী চঙজকম শীবীদনা নায়ক-শিঙলক্তা শাইদাংকম খঙদনা পুন্সি লোমখিবা অসিন্নি। অহুবু ঙসিদি মীয়াম্না মীওইবগী নিংতম্বগী মহাও অমস্যুং মতিক ময়াই খঙনরকপগা লোয়ননা লিক্লাইগী অশেংবা মশেক মঙাল খোক্লজুনা "মীয়ামগী লুচিংবা" মিংথোল লৌরে।

৫ মীপাল তাংবগী হৈনবীনা ঈগী ঈচেন্দা চেল্লবা, রাকৎ রাতাম্বদা অকি-তুজুংবা ফাওরবা, মশাগী ওইজবত য়েংবা লুচিংবা কয়াগী রাখল্লোয়া অচুম-অরান অমস্যুং অফ-ফত্ত চমহল্লবা খুন্নাই অসিগী মীয়ান্না লুচিংবা অসিগী রাখল্লোন মপুঙ ফানা খঙহৌদবা অসিমক খুন্নাই অসিগী অচৌবা লাইবক থীবনি।

৬ ঙসি খুন্নাই অসিগী মীয়ান্না মায়োক্নরিবা রাথোক-লাম্থোক কয়াসি নে-তানা মায়োক্নহুনা মীমান্নবা লৈবাক-খুন্নাই অমা ওইহম্বা হায়বসি খুন্নাই অসিগী রাখলগী মথা পোনকম থোকই। করিগুম্বগী খেন্নবগী রাখল্লোন থমদনা অপন্বা খুন্নাই অমগী শক্তম ঙাকনা মমুৎ-তানা মথৌ তাবশিং খঙমিন্নহুনা অমদি হোৎনমিন্নহুনা খুন্নাই অসিবু অরাংব থাক্ত থাঙ্গৎপা অসিনা লুচিংবা অসিদা উৎপা মরেক শেংবা 'ইকাই খুন্নব' ওইগনি।

১০ হৌজিকী মিৎয়েংদা :—

মনিপুরনা অপ্নবা ভারত শেন্দা শরুক য়াবগা ইরোয়নবা ভারতকী মরুম কয়াদগী অমদি ভারতকী মপান্দগী লাকপা লমোংবশিং, শিন্নি-শিং, শাইদাংলবশিং অসিনচিংবা মীওই কাঙলুপ কয়াগা লমদম অসিগী মহৌশাগী মীওই কাঙলুপশিংনা পুন্না থুন্নাই অসিদা হিংমিন্নরে। লোন মান্নদবা, থেন্নবা ধর্ম্ম চৎপা, তোঙান-তোঙাবা য়াজনিতিগী মচু কয়াগী ফিরাল থেৎপা মীওই কাঙলুপ কয়, অসিনচিংবা ময়াম'শিংগী অপ্নবা থুন্নাই অমা ওইরে। য়েহৌলোউভদা, নোম্বা কম', অতোপ্পগী মথা পোন্দুনা হিংবা পামজদবা অমসুং মশাগী থৌনা-লিংজেল লৈজবা থুন্নাই অমা ওইরমদবদি নত্তে। অদুবু, তাংকক্ নাইনা তিনশিল্লকপা অহোংবা কয়ানা থুন্নাই অসি মচু কুয়া ওন্নকপগা লোয়ননা চৈথেং ফংলকই।

১ ঐখোয়গী থুন্নাই লাইরবা থুন্নাই অমনি।

২ ঐখোয়গী থুন্নাই, লাইরিক -লাইসু হৈবগী চাং য়ামনা হন্থনা লৈরিবা থুন্নাই অমনি।

৩ ঐখোয়গী থুন্নাই লৈশেম্লোল-লৈঙাকলোন, লাইনিং লাইশোন্নোন, ইমালোন, ইয়েক কাঙলোন অসিনচিংবা মরু ওইবা হিরম পুমনমক্ময়ান তুয়াল্লিবা থুন্নাই অমনি।

৪ ঐখোয়গী থুন্নাই লৌউ শিংউব ওইজররবসু পোৎথোক লৈতবা থুন্নাই অমনি।

৫ ঐখোয়গী থুন্নাই শু-নোমবগী থবক চাউথৎলিবা অমসুং শুফম নোমফম থঙলিবা থুন্নাই অমনি।

৬ ঐখোয়গী থুন্নাই শেম্থোক লম্বী লৈতিবা থুন্নাই অমনি ।

৭ ঐখোয়গী থুন্নাই মহৈরোয়শিংবু মপুঙ ফানা মহৈ মশিং তমহন্বগী থুদোংচাবা পীবা ঙমজ্রিবা থুন্নাই অমনি।

৮ ঐখোয়গী থুন্নাই শেঙ্গা-থুমজা অমসুং চিরোন-খারোনগী রাজনিতিনা লৈঙাক্লিবা থুন্নাই অমনি।

৯ ঐখোয়গী থুন্নাই চারোন শুরোনগীদমক শেম শাবা ঙমজ্রিবা থুন্নাই অমনি।

১০ ঐখোয়গী থুন্নাই আইনগী পাঙ্গল অতোঙবতদা তোংজিবা থুন্নাই অমনি।

১১ ঐখোয়গী থুন্নাই সরকার অমদি মীয়াম অনিগী মরক্ত থোং শাবা ঙমজ্রিবা থুন্নাই অমনি।

১২ ঐখোয়গী থুন্নাই হিংবগী নিঙতম্বা লৈত্রিবা থুন্নাই অমনি।

১৩ ঐখোয়গী থুন্নাই অতোপ্পা লমগী অচৌবা পোৎ য়োনফম কৈথেল হাংবা থুন্নাই অমনি।

১৪ ঐখোয়গী থুন্নাই মীপাল তাংবগী হৈনবা নিংথিনা লৈহল্লবা থুন্নাই অমনি।

১৫ ঐখোয়গী থুন্নাই রাজনিতিগী ইথিল্লা অপ্‌ন্বগী শক্তম মাঙ-হল্লিবা থুন্নাই অমনি।

১৬ ঐখোয়গী থুন্নাই মহম্মদ বিন টুঘলকী থৌরাঙদগী তাদনা থৌরাঙ তৌবা লোয়শঙ কয়া লৈজবা থুন্নাই অমনি।

১৭ ঐখোয়গী থুন্নাই রাকৎ রাতাথা হৈনজদবা থুন্নাই অমনি।

১৮ ঐখোয়গী থুন্নাই কৎথোকপা পেস্থোকপা নত্তনা তুংগী থবা ঙমজ্রবা থুন্নাই অমনি।

১৯ ঐখোয়গী থুন্নাই মশাগী ইকাই থুম্নবা ঙাবপা ৱান্নিবা থুন্নাই অমনি ।

২০ ঐখোয়গী থুন্নাই পুনশিন্না হৈন্দ্রদবা ৱাজনিতিগী লুচিংবা মশিঙ য়াম্না লৈজবা থুন্নাই অমনি ।

২১ শেঙ্গাও পায়বা লম্লোন্নশিংনা মনিঙ-মখা তম্না লম্লোনজবা অমসুং পোৎ-চৈগী মমলনা অৎা-অকুম মনিঙ তমজবদা অয়েৎ-অপন ফীদবা থুন্নাই অমনি ।

২২ হিংনবা লম্বী থি-নবদা মান্নবা লিংজেল অমদি অপুন্নগী শক্তম ঙাকপদ মথৌ তাবা থঙবা ঙম্নক্রবা থুন্নাই অমনি ।

২৩ ধর্ম্মগী মিংদা পাঙথোকপা হৱাও-কুম্মৈদা অৱা-অনা কাও-থোকপা ঙম্বা থুন্নাই অমনি ।

২৪ ঐখোয়গী থুন্নাই হৱাও-কুম্মৈগী মতিক-ময়াই ঙাতুনা লাইন্ন তান্নদা হল্লেঙবা লৈতবা থুন্নাই অমনি ।

২৫ মুংঙাইবা থিবদ অন্নাবদ নংকিবা থুন্নাই অমনি । অমসুং
২৬ ঐখোয়গী থুন্নাই ইশাগী ইখোল শন্দল থাবা ঙমজদ্রিবা থুন্নাই অমনি ।

১৩ ৱাখল্লোন :—

ফিলোসোফর্স, ৱাইটর্স, আর্টিস্তস, দ্রমাতিস্তস, সোসিয়েল রিফোর্মরস, পোলিটিকেল থিংকর্স অসিমচিংবা কয়া অসি লৈবাক থুন্নাই অমগী চাউখৎপগী মচন ঙাক্কি । মখোয়না মীওইবগী অমসুং থুন্নাইগী অক ফত্তগী সেন্টিমেন্ট কয়া শাগত্তুনা, অশোয়বা কয়া উৎথোক্কুনা অমসুং নৈনদুনা মীয়ামদ থঙহন্নবা হোৎনৈ । মীওইবা

খুন্নাইনা রাখল অমদি লৌশিং থাক রাংনা চাউখৎপদা মখোয়না অচৌবা খোঁদাং লৌই। তৌইগুম্বস্থুং, অসিগুম্বা রাখল অমস্থুং লৌশিংগী পুক্কৈবু শেম্নদুনা মীওইবদ মসিগী মঙাল ফংহন্নবা হোৎনরিবশিং অসিগী থবকশিং অসি খুন্নাই অসিদদি কুম্মৈ নত্রগা লিলানি খন্নদুনা ঙাইহাক মুংঙাই-বা য়েংনবা নত্রগা পা-নবা ওইনা তৌরি। মথা তানা খন্ন-নৈনদুনা অক-মত্তুগী ফিরেপ ইরৌ লৌনদে। অইবশিংগা মান্নবা থরগ; ঈশৈ শকপগা পামজবা থরগা, অস্থুন্না মান্ন-মান্নবা থরদমক খঙমিন্নবগী ফিভম অমদ লৈ।

২ “অনিগ অনিগ ত্তিনশিন্নরগ মরিনি” হায়বসিদ কনামত্তনা ‘লাল্লি’ নত্রগা ‘চুম্মি’ হায়না য়েংংদে। মসি চুম্মি হায়না চপ মান্ননা খঙমিন্নবনা ওইবা তাই। “মালেম্মা লৈন লৈন হুমিৎকী অকোয়বদা চৎলি” হায়বসিদা কনা কনানা তোঙান তোঙান্বা খুদম কয়া পীনদুনা “চুম্মি” নত্রগা “লাল্লি” হায়না য়েংখৈ। মসি চপ মান্ননা খঙমিন্নদবনা ওইকম থোকই। অমম্বদা মঙালগীদমক মৈ শিজিন্নৈ। নিংথম থাগী অইঙবদগী মশাবু ঙাকথোকচনবা ফিরোল অমদি মৈ শিজিন্নৈ অমস্থুং অঙাঙব মৈতাল লৌখৎনবা চেগপ শিজিন্নৈ। কনানা ‘চুম্মি - লাল্লি’ অমদি ‘তৌ-তৌগন্থু’ হায়নদে। মসি মথৌ তাবশিং মাঙজৌননা খঙমিন্নবনা ওইবা তাই।

৩ লৈন লৈন মালেমসিনা হুমিৎকী অকোয়বদা চৎলমন্রবা মতম হায়বসি লেঙদনা লৈরম্বস্থু য়াই, লেঙলি পাল্লিবা পুন্নমক হোৎলমদবস্থু য়াই। মতমস্থু লেপ্তে; লেঙলি পাল্লিবা পুন্নমকস্থু অহোংবা নাই। হুমিৎন অমুক থোরকপা অমুক্ত তাখিবা, খঙলমদবা কয়া খঙলকপা, উরমদবা কয়া উরকপা, লৈরমদবা কয়া লৈরকপা অমস্থুং লৈরম-উরম্বা কয়া মাঙখিবা অসিগুম্বা য়াওল্লক অসিদা মীওইবগী

হোনৎজমন কয়াগা লোয়নন। হিংলক্লি।

"ঙসি ফাওবদ হিরম খুদিংদ মপুঙ ফারবা মীওই অমত্তুসু পোক্লব্রি। তাইবংবু শেংঙ্গরিবা মহা মশামক্লা মী ওইনা পোকলরবসু অরাৎপা অমদি অহূম্মক মবৈরগনি" খঙ-হৈরবশিংনা থম্বিরগ্লিবা য়াখল্লোন অসিমক্লা ওইবা তাই — মীওইবনা পূম্না হিংমিন্নদবা য়ান্ত্রিবসি। অমগী অরাৎপা অমনা মেন, অমগ অমগ পুনশিন্দুনা অমদি খঙমিন্নহুনা মীওইবা খুন্নাই হিংননবা হোৎনরিবসি মপূঙফ'দবা মীওবসি মপুঙ ফাননবা হোৎনবা ওইবা তাই।

৪ খঙফম থোকপা খঙমিন্নদবদগী চয়েৎনবা কয়ানা মরম ওইহুনা ঐখোয়গী খুন্নাই, চাউখৎপা খুন্নাই অমা ওইবা ঙমগ্রি। খুন্নাই অসিগী মনুঙদা হিংলিব', খুন্নাই অসিবু ওইহল্লিবা মীয়াম্না ঙৌফম থোকপা মথৌ অমদি লৌফম থোকপা থৌদাং ইশা ইশানা চপ মান্নবা খঙমিন্নহুনা পাঙথোকমিন্নবা মথৌ তাই। তোঙান তোঙাবা র.জনিতিগী কাঙলুপ, মান্নদবা ধর্ম্ম অমসুং থেন্নবা লোন লৈজরবসু অপুন্বা খুন্নাই অমদি মশা মশাগী লৌফম থোকপা থৌদাং অহুদি থেন্নবা লৈফম থোক্কে "লৈপাক মচা তাব খুন্নাই" অমা ওইহন্নবা "লৈবাক মচা তাবা মী" ওইবা হোনশানি। মরম অসিনা মশাগী মথৌ খঙবদা "মান্নবা খুন্নাই" অমা ওইহন্বা তঙাই ফদে।

১৪ নিপা খুন্নাই :—

করিগুম্বা হিরম অমত্তদ মীখা পোন্দুনা হিংবা পামজদবা মশাগী থৌনা-লিংজেল লৈবা অহল-লমনশিংগী চাদা নাওদ ওইহুনসু মতমগী য়াওলনা তিনশিন্নকপা অওবা কয়ানা খুন্নাই অসিগী নিপা ওইবশিং তুফক-তুফাই চনবগুম তৌহল্লে।

১ মীপাল তাংবগী হৈনবীনা সুং-পান অনিমক্তা মীখা পোম্বগী হৈনবী ঈচেল অমা চেল্লকপা ।

২ হয়াও-কুশ্মৈনচিংবদ সুংঙাইথোক্কুনা মতম লেপ্তোকপদা হৈনবী লৈরক্কুনা শু-নোম্বগী চাং হৃঃখকপদগী শেল-থুমগী অমদি হিংবগী ফিভম শোকচিল্লকপা ।

৩ ঙস্রা-পাকশন্না ঊবা, তাবা অমস্তুং থঙজিন্বা রাংলকপা ।

৪ শুফম-নোমফম খঙলক্কবা অমস্তুং শু-নোম্বা য়াওদনা শেপ্তোক লম্বী থিনরক্কপদা রাথোক-লাম্বোক কয়া থোকহন্নবগী মচাক ওইরকপাঃ মসিনা তুংগী চারোন-শুরোন্দা মমি তারকপা ।

৫ থুম্ব'ইচা অমা ওইনা থুম্নাই অমদা লৌকম খোকপা থৌদাং লৌবা ঙম্লক্কবা ।

৬ ইশানা ইশাবু থাজবা ঙম্লক্কবদগী ইশাগী ইকাই খুম্নবা ঙাকপা ঙম্লক্কবা, মন্থুনা থুম্নাইদা মমি তারকপা ।

৭ ইশা ইশাগীত ওইবা রাখল্লোন চেল্লক্কুনা থাজব, সুংশিবা অমস্তুং অপম্বগী রাখল্লোন মাঙলকপা, মসিনা অপম্বা থুম্নাইগী শক্তম ঙাকপদ অহোবা লাকপা ।

৮ অলেম্বা থবক অমদি শিনফম ভানয়কপদা হিংনবা শু-নোমল-দবতু শু-নোম্নবগীদমক হিংবা তারকপগা লোয়ননা শেঙ্গ-থুমজাগী অকম্বা ইথিন পীরক্লে ।

৯ কা হেন্না ময়াই কাবা পোৎ কয়া শিজিন্নবগী হৈনবী লৈরক-পদগী শেন্দ্রম অমদি মতম মাঙহন্নত নত্তনা লমচৎ-শাজৎ অমদি খক্লি-খাসি মাঙথরকপা অমদি রাথোক-লাম্বোক কয়ানা থুম্নাইদা অমোংপা ওইহল্লকপগা লোয়ননা চারোন-শুরোম্ ঙাকপী-শেমীবা

ঙম্লক্তবা । অমসুং

১০ চৎনবী অমা ওইনা নিপীবু হন্থনা য়েংবীবদগী ইমুঙ-মন্নুং অমদি থুম্নাইদ মেনখৎপা ঙমদবা অহোবা কয়া লাকপা ।

১৫ নিপী থুম্নাই :—

১ পুন্নারিগী লমায় হাইগতুনা য়েংলুরবদি থুম্নাই অসিগী "নিপী থুম্নাই" মালেম্‌'সিদ লেমজনিঙাইনি । লৈমরেল ফমথোন লৌতুনা লৈঙাক থোদা য়াবগা লোয়ননা মশামক্তা নিংথৌগী মহুৎশিন্দুনা নিপী লান্মী কয়াগা লোয়ননা লানস্থেংনথিবী, থুম্নাই অসিবু কম্নবগীদমক বৃটিশ সরকারগী মথক্ত থুৎলাই পাইদবা লান কয়ারক হৌথিবী ; ঙসিসু লৈবাক থুম্নাই অসিগী চিন্নবা মতম অসিদা থোক্লকপা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লনবা শেম-শাহুনা ঙাইরিবিনি ।

২ থুম্নাই অসিগী চৌঙ তম অনিমক্তী নিপীশিং ইমুঙ মন্নুংঙগী থবক-ইনথাংদা য়েংলুরগসু অয়াম্বা শরুক পুন্নিবীশিংনি । লৌগী লৌবুক্ত, পামদ, কৈথেলদ, গু-মোম্বগী থবক কয়াদ, পাৎকী পাৎয়ায়দ অমসুং লোয়শঙ কয়াদা . শরুক নিংথিনা য়ারিবীশিংনি । অতুবু থুম্নাই অসিগী চৎনবী কম্নানা থৌনা ফম্নবীশিং চমম্নহল্লে । অহল-লমনশিংনা থম্বীরম্বা য়াখল্লোন — 'থুবাক নামক্ত থুবা মখোল থোক্কে,' "থোং মান্নদনা য়ুম পাম্বা য়াদে" হায়ব'সিনা তাকই, মতুদি থুম্নাই অসিগী নিপীগী থৌদাং নিপাগীদগী হন্থদে, অমসুং মশাগী হক চাওনা লৈরকই ।

৩ মচাবু অকবা ওইহন্নিঙদবা মমা লৈরমগদবা য়াদ্দে । "অকবা মচা হায়বসি মমাগী মথা পোল্লি" — অথঙ-অহৈশিংনা চুম্নবনি

ছায়না থম্বিরম্লবা রাখল্লোম্রি। থম্ননিঙাই ওইরিবা রাফমদি — ইমুঙ মমুঙগী কুপনোমগী অমদি লৈক-লাইরগী মৈশা লাংলিবী মপানগী মুংশিং-মুংশা কংজবা ঙমজদ্রবী মমা অমনা মচাবু করম্বা লম্বীদ ফননবা শেম-শাবা ঙমেগদগে হায়বসিনি । খুন্নাই অমগী নিপীবু হম্বনা য়েংবগী চংনবীনা অকবী মমা অমা থোকহবা রানা থোকনি। নিপী অমা অনিথক ফবনা খুন্নাই অমগী "নিপী খুন্নাই" কবে হায়না লৌবা য়াগদবা মান্দে । খুন্নাই অসিগী নিপী খুন্নাই মতিকচাবা ওইহবা হায়বসি খুন্নাই অসিগী রাখল্লোনগী মথা পোনফম থোকই । অফবা মচা পুথোক্নুনা মীমান্নবা খুন্নাই অমা ওইহবা ঙম্নবগীদমক নিপীশিংবু অকবী মমাশিং ওইহন্না তঙাই ফদে।

১৬ হৌজিকী নিপী খুন্নাই অসিদ মিৎয়েং থম্লবদি :—

১ শেম্ব্‌মগী অরা-মায়োক্নরিবা খুন্নাই অমা ওইনা লৈক-লাইরনা মরম ওইহনা ইমুঙগী অরা-অনা পুবদ নিপী অমা ওইনা মশাগী থোদাং মপান্থোক্না য়াবা ঙমজদবা।

২ লাইরিক-লাইশু হৈরবস্তু হৈত্রবস্তু, শেম্ব্‌মগী ফিভম ফররবস্তু ফত্রবস্তু, খুন্নাই অসিগী চংনরক্লিবা "ঐ -ঐগীত" ওইবা অথুবা মিৎয়েংগী চৎন লোনচং অসিদগী লাম্থোকপা ইঙম ঙমদবা ।

২৩ লারিক-লাইশু হৈবগী চাং নেম্ব অমদি খন্ন-ম্নৈবদ শরুক য়াবা রাৎপনা পাক-শন্না খঙজিন উশিন্বা ঙমদবা।

৪ শেম্ব্‌মগী ফিভম চা-ফাক্তবা ইমুঙগী মচা নিপী, ইমুঙ মমুঙগী অকুপ-অতা নোম্নবগী রাখল্লোন্দা লাইরিক লাইশু - তম্বগী কান্নবা লৈহন্দবা।

৫ মীওইবা খুন্নাই শেম্বদা 'নিপী' য়াওদবা য়াদে খঙমা খঙনা খোশাবিরক্কবদগী নিপীনা মশাগী থোদাং খঙজিন-উশিন্না য়াংলকপা।

৬ নিপী নিপা হুক মাম্নে হায়বগী রাখল্লোন্দা কা-হেন্না নিঙ-তম্বা লোঢ়ুনা জীচং শাজং মাঙথরকপা।

৭ মশানা মশাবু হুম্বনা খঙহুনা নিপাগী মরুম থুম্নবন্ত হোংনরিক্তে মশাগী থোদাং লোঙমদবা। অমম্মুং

৮ অফবী মমৌ অমা ফংনবগীদমক রাখল চাওনা খম্বা ভৌইগুম্বম্মু মচানিপীবুনা 'কাউ' থাবা।

১৭ অউনপোৎ — মসিগী শাফু :—

নিপী অমনা মযুম মকৈ পাম্বা মতমদ মহাক্কী শিন্নাগী অম্নদি ইমুঙ মমুঙগী শিজিন্ননবা মথৌ তাবা পোৎ-চৈ খর নত্তনা কা-হেন্বা অউনপোৎ পীবগী চৎনবী খুন্নাই অসিদা লৈরক্নে। শেম্বু মগী ফিভম চাফাওবা নিপীমযুম ওইরবদি নিপামযুম্না অওম্বা মতেং পাংনরকই। ফনা লাইরবা ওইহুনম্মু কনাগুম্বাশিংদি অহল-লমন হাক্কগী "নিপী মমল লোঢ়ুনা থাজ-য়োম্লবা ভৌরক্নে" হায়ঢ়ুনা অওম্বা খর অওং-অউন তমহুনা থাজনরকই। মসিনা নিপা-নিপী য়ুম পানমিন্নবদ পাওয়োন থা-নদনা ইভনা তপ্না থোং-মান্নন শুমিন-নোংমিন্নহুনা পান্মিন্নরকই তাকই।

২ কুনগুবা চহি চানা ভংথায় চল্লকপা অসিন্নাইদগী ভারতকী মফম কয়াদা চৎনরিবা অউনপোৎকী মখা পোম্না নিগীবু থাজ-য়োম্লবগী চৎনবী অসি খুন্নাই অসিদ মখি তাবা হৌরক্নে। চহি চা অসিনা মখি শাম্লকপা মতম অসিদদি চৎনবী অসিগী ইথক

হেন্না হেন্না য়াংখৎলক্লে। লুহোংগদৌরিবা ইমুঙ অনিষক্তা নাপলপা লোয়ননা অউনপোৎ লাওনবা অমদি খোনবা চৎনরক্লে। নিপা অমগী চেনকম খোংকপা মতিক অচুদগী মিং থকপা অউনপোংনা হেন্না মমল নৈনবগুম লৌনরক্লে। অউনপোংকী য়াথিনহুনা চাওথোকচবগী চৎনবী ঈচেল অমা নৌহৌনা শাফু কন্না খুন্নাই অসিদা চেনশিন্নরক্লে। চৎনবী অসিনা নিপাগী থাক য়াংখৎহল্লিবন্না নত্রগা নেমথহল্লিবন্না হায়বা মুংগী ওইবা য়াথল্লোন অসিদি নিপা ওইবীশিংনা মুন্না খঙ্কম থোকই।

৩ চৎনবী অশিলা খুন্নাই অসিদ পীরক্লিবা শাকুদি :—

১ লুহোংলবী নিপানা অউনপোংকী নাপন্না ইমুঙ অমদি মপুরোইববু নমথনবা হোৎনরক্লুনা ইমুঙ মহি লাওলকপা, মসিনা খুন্নাইদা অমোংপা পীরকপা।

২ নিপা অমদ চেনকম খোকপা মতিক অউনপোংনা মেনথৎপগুম তৌহন্দুনা নিপাগী থাক হন্থরক্লবা য়াথল্লোন লাকপা।

৩ শেন্থু মগী ফীভম চাকাওবা ইমুংগী মচানিত্তোল কন্না অউনপোং-কীদমক নিওবা কায়রক্লুনা খুন্নাইদা য়াথোক লাম্থোক কন্না থোকহন্নবগী য়াথল লাকপা।

৪ শেম্থোক নৈতবা খুন্নাই অসি হেন্না লাইন্ন ভানশিন্নবগী মচাক পীরকপা অসিনচিংব।

“ অকবী ইমৌ অমা কংনবগীদমক
ইচানিপা মতিকচানা শেন্না
তঙাইফদে, খুন্ন ইসিংগীদমক।

# দ্রগ ইজম্

মীওইবগী অশোইবা মরুওইবদা
খুদোংচাদবা মায়োক্নে।

১৯৭০-৭১, মনিপুরদা গনতন্ত্রগী পাম্বা ফাগৎলকপা, শেঙ্গা-থুমজা, চিরোল-খারোল, মীশিঙ য়ামখৎলকপা, থবক কংদবগী মাথোক অসিনচিংবা কয়াগী লময়ানখৎলকপা মতম্নি। মপান্দগী লাকপা শেঙ্গাও পায়বা লল্লোম্ব কয়ানা মন্নিঙ তম্না শেন্দোং অম্বা ওয়বা লৈঙাক চুপ্নি পায়বদা অচৌবা শরুক য়ানবা হোৎনরকপা, লাইরিক-লাইত হৈয়বা কংলৈচা কয়ানা লোয়শঙ কয়াগী মকোক থোংবা ফম কয়া মহুৎ শিল্লকপা মতম্নি। শেং-চাবা য়ুম্নৈ-কৈরৈ, শাজং-লৌচং, মাথল্লোন অসিনচিংবা কয়াম্ব নোংচুপকী কিলম য়ং লাওবা লৌমন্নকপা মতম অমম্নি। মহাও খঙনা হিংলবা পুন্সিনি থল্লবা মীয়ামগী মীহুৎ লুচিংবশিং অমসুং লোয়শঙকী অচৌ-অশাং কয়াগী ইমুঙশিংদা মাঙ্কী-শাজিগী শাউতাক কমথোক কাল্লনবা হোৎনরকপা অচৌবা ফতমগী য়াওল অমা ওইনম্ব লৈরে। অচৌ-অশাং ওইবগী মহাও খঙনরকপা, শেলগী মঙ্গাইন্দ পুন্সিগী মহাউনি থম্নরকপা অমসুং শক্তীনা মীবু ফাহ্ননা শিজিন্নবা য়াই লৌনরকপা মতম ওইবনা মচা-মতু ওইবশিংবু মীথোই-মীহেন্না ওইহনা পুন্সিগী মহাউ খঙনা হিংহোবা ওম্বগীদমক মথোয়বু শেন-শাবদা মায় ওনশিন্নরকপা; মহুগী মাথল্লোন্দা অচৌ-অশাংশিং অমদি শেঙ্গাও পায়খৎলকপশিং কয়ানা কম্মিন্নবা খুদিং মচা-মচাগী মাল্লিদা মুংঙাইখিন্নবগী তাঙ্গা অমম্ব ওই।

২ ঈপায়খোইশিং ইহৌরকপা ফুরেপনা ঈমায় ফোঙ্গা চেঙ্গরকপগুম্ব চেঙকক্লিবা মতমগী ইচেন্দ। তাউথরক্লিখি — মনা, মুপ্পা অমসুং লুক্রি চৌনশিং। মশিঙ তম্না অমসুং লোঙথিং ফনা কৈথেল কায়কখি লমলম অসিগী মহৌ'শিং। ইঞ্জিন শাবা মনারা গাড়ী মচুল কয়া যেৎনা কল্লকপা মাউমা কজরবা সনাগী জিকবাং, লৈতেং কয়া, মখল যাম্না লক্নী থৈোন্না। হেন্না মচু খোঙফলবা খুদোল অমসুং জিক অমদি ন'ল্লবা, নিংথিনা লৈতেংলরা কা কয়ানা লৈতেং ওইরবা মুম অসিনচিংবা কয়ানা মীওইবগী মতিক ময়াই হাপকৎপগুম থন্ন-উন্নরকপা অদিনা কাথোক-লাম্থোক কয়াগী মৈচাক কনখৎলকপা মতম অমম্ব ওই।

৩ মলক মতৌ মজরবী, চীঙগী ইচেংইচকশিং ওইনা চোকী কয়াকা অকব-ফত্তবা সনাগী মথক অমসুং মনক কয়াগী মখল মখক মামদনা লক্নী চৌনশিং, সহর অদিদা মুন্নো-চৈরেগী ফিভম থেং-মেলহৌনা চঙলগা মোমৈ। ইমুঙগী মুমুক্লেকীশিং কয়ানা হন্নাওনা মখোয়মু তরাম-তরাম ওকশিন্নবা তংতমা পোৎশিং'ছু পুরক্লবগী খুদোংচাবা পী। খুদোংচাবা ফংলবীশিং'ছু শেন্থ মগী অন্নাৎপা কৈরক্লবা অমসুং শক্তি পাংরক্লবা ইমুং কযাগা নিংথিনা শকখঙ মায়খঙনবগী খুদোংচাবা ফংলে। ইমুঙগী মমা ওইরবী কুয়াসু পোৎশিংছ থুংথাং য়োন্দুনা শেন্দোং ফংবগী মুংঙাইজবা অমসু ফাওখি। ইরোইননা, ইমু'গী ইনখৎলকপা পাখঙ কয়া মখোয়গা শকখঙ-মায়খঙনবগী পেঙবা অমসু কাওখি।

৪ নাকন অমরোমন্না, জিনগী ফুরিক-খোংগা ওনা ফিরজং-লৈতেংজনবা খোইরি-খোইরিনা থাউরি শাংবিরকপা শাংলবা, মিংথক চঙ্গকপগী উরি-মাওরিবা মুংশিংত মনিঙ তম্না হাইনা-হুম্না শামজবা ভাঙলৈনবা শম্নাংবা লৈতেংবা, ঙরুশমদা অত্রিক পরেং যাম্ব', চীঙগী ইচিন ইনাওশিং

ওইনা উবা, মীতৈলোন খঙফাত্তবা পাখঙ অহুম-মরি শাংনা লেঙোমহুনা সহরগী লম্বীদা মঙদা চৎপগুম্না চৎপা উরকখি। মশক মতৌ ফজরবী লম্লোম্বীশিং'হুগী থুংখাংদা সহর'সিগী ইনথৎলকপা পাখঙ কয়াপা, মখোয়শিং অহুগা শকথঙ-মায়থঙনহুনা তোংনতিন্নরকখি। মখোয়'সি গ্রীজমগী প্রিচরশিংনি হায়বা খঙনরমদে।

৫ হৈশিংলবী, মশক-মতৌ ফজরবী, নাকোইনবা থবক কয়ানা মরাল থংদোকপা ওম্নবী লম্লোম্বী কয়ানা নৈতেংগী মচাক কয়া পুশিল্লকপদা তুশোন-মানশোম্না উগ্ররকখি — "গ্রীজম"। প্রিচরশিং অসিনা হিদাক অসি শিজিন্নবগী মওং-মতৌ থবক ওইনা হৈনবী নৈত্রিবা কাওবা শেল তিংহনদনা ওম্বী। হুমিং থুদিংগী মতম কায়দনা শিজিন্নরবা মতুংদা মতমচানা শিজিন্নবগী অপাম্বা লাক্লবদি হৈনবী -নৈয়ে হায়বা মখোয়না খঙই। মতম অহুদগী মখোয়না শেল লৌহুনা য়োম্বা হোই। লোয়ননা অতোপ্পশিংদা অমুক মথা তানা শন্দোক্লবা থুজিন-থোরাঙ তৌই। অসুম্না থা কয়া চঙনা 'ইজম' অসি শন্দোক্লম্লগা প্রিচরশিং অহু সহরসিদগী মাঙখ্রে। তৌইগুম্বসুং মখোয়না শন্দোক্লম্বা ইজম অহুদি হেন্না হেন্না পাক-চাওখোক্লক্লে।

৬ পুরাথিগী লমায়দগী ঐখোয়না খঙবা ওম্বী — লাইনিঙ লীচৎ অমা শন্দোকপদা নৈবাক অমগী মকোক থোংবা নিংথৌ অহুগা য়ানবা হায়রবসিনা মায় পাক্লবগী মরুনি। মরম অসিনা, 'গ্রীজম' শন্দোকপদা মরুওইবা মচাক কয়া চঙই। মখুদি :—

১ চাংয়েংগী অকবা ইথিন নৈবা, ইনথৎলকপগী চহি মতাং।

২ অতাওবা অমদি মমল যাম্বা পোৎ চঙবনা শেলগী অরাংপা নৈতবা ইমুংগী তোনায় নৈবা মচা-যাও*।

৩ আইন্না য়াদবা ওইবনা 'ইজম' অসিদ খোঙদারক্লিবশিং আইনগী মীফা-মীপুন্দগী নাম্বোকহন্বগী অমদি কয়া ওন্বা ইমুঙগী মচা-মগু ।

৪ মশাদা হৈনবী লৈত্রিবা ফাওবা মখোয়বু শেল তিংহন্দনা ভল্বিবা ।

৫ হৈনবী লৈরবশিং অতুদা 'ইজম' অসি পাক শন্না শন্দোকপা ওম্নবগীদমক খুৎথাং শন্দোকপা ওমহন্নবা হোৎনবা ।

৬ মকম অতুদা পাক-শন্না দ্রগকী অপাম্বা লৈহন্দুনা সেণ্টর লৌনবা হোৎনবা ।

৭ কা হেন্না শেন্দোং লৈবা পোৎনি খঙহন্দুনা লম্লোম্বগী থবক ভোবা ওন্বা মী থোকহন্বা। অসিনচিংবনি ।

৮ মীওইবগী মতিক-ময়াই হান্না ওন্বা সনা, লক্কী ষ্টোন অমম্বুং দাইমন্দ, মখোয়শিং অসিনা লমদম অসিদ কৈথেল কারকপদা য়ান্না হৈ-শিংনা, তুশোন-মানশোন তুংইন্নরকপা মহিক অমনা ওসি চহি কুনগী মতুংসিদ শাথীনা কিনরবা লায়েংবা ওমদবা লায়না অমগী শক্তম লাংহুনা কংলৈ মীয়ামদ অরাবগী চৈথেং অমা পীরয়ে ।

৯ থরায পাম্বসিংগী অনা-লায়েংবদ শিজিন্নবা ময়াই কাবগী মতিক-ময়াই চেন্বা হিদাক-লাঙথক কয়া চাং হেন্না চাশিন-থকচিন্দুনা পুক্লিঙ অমদি হকচাংবু ময়াই কাহল্লগা মুংঙাইবা মথল অমা ওইনা লৌনরক্লুনা মীওই কয়া ইজম অসিদা খোঙদারকই । মসিগী খুদোংচাবা লৌহুনা হিদাকশিং অসি মমল হেন্না লোয়া য়োন্দুনা শেল্লাও পায়নবগী শেন্দাল লগ্নী ওইনবসু য়াওরকই ।

১০ ময়াই কল্লবা কানিগী ময়াইনা পাক-চাওরবা চীনাবু

শাংলবা চহি কয়া চুপ্পা শুমহৃনা খমথিবা, মীয়াম্না খঙনৈ - তানৈ। অসিগুম্বা পোৎ অসিবু পোৎয়ান কয়া হাপতূনা হন্না হন্না শেম-দোক শাদোক্লুনা হেরোইন, মথন্দ কয়া পুথোক্লগা খুংলায় ওইনা শিজিন্নহনা মীওই লিশিং লিশিংগী পুন্সি মাঙহনখিব। মালেমগী মীয়াম্না অকি-তুজুংবা ফাওনগ্রবনি।

১১ 'হেরোইন,' হিদাক অসি শিজিন্নরগা হুংঙাইবা রাথক্গী ইথক অমদা মঙগুম্না তাওহ্নুন লৈহল্লি। মরী মতা, ইমুঙ মনুঙ, হুংশিবা, অন্না-অনা অসিনচিংবা কয়াগী রাথল লৈহন্দবা, অনিঙবা অমথক্লুদা পুক্নিঙ লুপ্পা ঙমহল্লি। হিদাক অসি শিজিন্নবনা হকচাংগী মচি ওইবা শরুক কয়া মাঙহল্লক্লুনা শাথীরবা লায়নানা তেল্লবা মতম খরগী মনুঙদা পুন্সি মাঙহল্লি হায়বা খঙন খঙনা কাওথোকপা ঙমহল্লি। অসুম্না, নৌরিবা পুন্সি কয়া মাঙখ্রে। মথোয়না শন্দোক্লম্বা লায়নানা মরাল লৈজদবা, হিদাক অসিবু মশক ফাওবা খঙজদবা মীওই কয়াগী পুন্সি লোমহনখ্রে।

১২ তেল্লবা চহি ৫/৬ কী ওইবা মথোৎ কারকপগী পুন্সি মতেক অসিদ শাংলবা পুন্সিগী অফ-ফত্ত তাংজহ্নুনা লৈ। মীওইবগী পুন্সিদা "মথোৎ কারকপা" খ্বাইদগী মরুওইবা মতম্নি। মতম অসিগী মমাঙ, চহি ১১/১২ শুরকপা ফাওবদি ইমুঙগী অহল-লমন অমদি কৈরোয়-লৈকায়গী মথক থোংবশিংবু কি-হঙ্গোইবগী রাথল লৈ। মথক থোংবশিংনা অরাবা নত্তবা শাজৎ-লীচৎ চৎপা উরগা মথোয়গী থশ্মোয়দ অকি-তুজুংবা ফাওই। ময়াই ফাবা পোৎ শিজিন্নবা অমদি অরাবা শাজৎ লীচৎ চৎপগী রাথল থোইনা ফাওদে। মতম অসি ফাওবদি অহল লমনগী মিৎয়েং মথাদা থম্বা থোইবা

লুনা থোক্কে।

১৩ হকচাং ইনথংলকপা, মপুঙময়ৈ ফাবগী শারেপ তমথংলকপা মথোং কারকপগী অহাম্বা শরুক অসিদগী পুক্তিঙ অমসুং হকচাংগী ফিভমদ অহোংবা কয়া লাকই। মপুঙ ময়ৈ ফারবশিংগী মতৌ তম্লিংবা অমসুং পুন্সিদা থেংনরক্কদবা অরা-মুঙাইগী চাংয়েং তৌনিঙবগী ইথিল ফাওবা হৌরকই। রাম্রি-লাইরিক্ত থেংনবা অমদি লিলা-কলাদা উবা কয়াগী অক ফত্ত অমসুং অকল অথৌগী মশি থাবা হৌরকই। মতাং অসিরাইদগী যুমগী অহল-লমন্দগী খর খর লাপথোক্লিঙবগী রাথল ফাওরকই। য়ুমদ লৈবদগী মরুপ-মপাংশিংগা লমহাং-তুহাঙদা রারি রাতাই শাহুনা মতম লেম্বা, মথক থোংবশিংগী মথোং হুত্তবা রারি রাতাইদা মুংঙাইবা ফাওবা অমসুং অঙম অথৌ ওইনিঙবগী ইথিন অসিনচিংবা রাথলগী ইথিন কয়া ফাওরকই।

১৪ মথোং কারকপগী মপুঙ ফারকপা মতম য়ৌরকপদ পুক্তিঙগী অকম্বা ইথিনসু মপুঙ ফারকই। অহল-লমন অমসুং মমা-মপাবু নমহৎনবা হোৎনরকই। অক-ফত্তগী রাথল তৌদনা হকথেংননা চাংয়েং কয়া তৌবদ অকি-অথঙ ফাওরক্কে। মতাং অসি য়ৌরকপদদি মপা-মমা অমদি ইন্সটিটিউসনগী ওজাশিংনা ঙাক-শেম্বা রারকই; কৈরোয়-লৈকায় অমসুং খুন্নাইগী চৎন-লোনচৎ অমদি রাথল্লোনগী মখা পোল্লকই। নিপী ওইবীশিংনা লমকেৎ-লমহাইরক্তুনা মমুখ পাম্বগী লম্বীদা থোঙদারকই। নিপা ওইবশিংনা চাংয়েং কয়াদগী হৈনবী লৈরক্তুনা অক-ফত্ত লমচৎ-শাজৎকী মরু হুল্লকই। অসিগুম্বা, মতম অসিদা ড্রগীজমগী প্রিচরশিংমা য়াম্না লায়না ইজম অসি শন্দোকপা ঙম্মী।

১৫ হৌরকপদা শেন্থ্রমগী অরাবা লৈতবা, আইনগী মীকা মীপুন্দগী কৰ্মীবা ঙম্বা ইমুঙগী তোনান্না অমসুং মনিঙ তৌনা কৈবা মচা-মগুশিংদা শন্দোক্লক্লবসু মতুং তারকপদদি, হৌমিন্নরকপা মৰাম্নবগা মীমায়বা ঙমহৌদ্রবা, শেল-থুমগী অরাবা নংলবা মপা-মমানা নিংথিনা য়েংবিবা ঙমদবা অমসুং হিংনবগী থবক অমদি শিনফম থঙলক্লবদগী পুন্সিগী কান্নফম থঙলত্ত্রহনা পুক্কিঙদা মুংঙাইতবা কাওবগা লোয়মনা অনিঙবা অমগী মথাদা ইজম অসিদা খোঙদাবসু কয়ানি। শেং-চাবা নিঙ' থু'লক্কবা, শেন্থোক লম্বী লৈতবা, হিংবগী মহাও থঙলক্কবা, মীমান্নবা ঙমগনি থাজরক্কবা অসিনচিংবা মরম কয়াদগী মশানা মশাবু মীরায়জরত্তুনা মতম কেন্থোকপদা হৈনবী লৈরকপা ইজম অসিদা খোঙদাররুবগী মকওইবা মচাক অমসু ওই। হৈনবী লৈরবা লাইরবা ইমুঙগী মচা-মগুশিংনা হিদাক কংনবগীদমক হুরান চিন্থিগী থবক কয়া তৌরকই। সহরগী লমদ হেরোইন, য়ু অমসুং অনা-লায়েংবদ শিজিন্নবা হিদাকশিং অমসুং থুঙংগী লমদ য়ু অকঙ্বা ইথিনগী চংমবী অমগুম শিজিন্নরি।

১৬ সরকারনা অমসুং কাঙলুপ কয়াগী নহারোলশিংনা ময়াই-কাবশিং অসি য়োম্বা অমসুং শিজিন্নবা থিংননবা অকঙ্বা চৈরাক কয়া অমদি ফজবা পাউতাক কয়া পীহনা লেপ্তবা হোংনরক্লি। নাকল অমরোমদ, ইমুঙগী মমা ওইবীশিংনা অহিং-মিৎশেল থাঙহনা খুৎত মৈয়া পায় মচা-মগুশিংবু ময়াইকাবা কয়া অসিদগী কন্নবা অঙম্বা হোৎন্নি। লল্লোম্বা অমসুং শিজিন্নবা নিপা-নিপী কয়া খোঙগোইনহনা অমদি অহকপা চৈরাক কয়া পীহনা ময়াইকাবা হিদাকশিং অসিবু মরু ফংনা মুৎথৎনবা হোৎনরক্লি। তৌইগুম্বসুং

মায়পাকপদি তশেংনমক ঙমদ্রি। মসিগী মরমদি - লমদম অসিদা আইন্না চপচানা অথিংবা পীবা ঙমদ্রি হায়রবা তাই। থুন্নাই অসিনা ফনা কন্না ঙাক-শেন্দুনস্থ মচা-মগুশিংবু হিদাকশিং অসিদগী মপুঙ ফানা কৰা ঙমদ্রিবসি থুন্নাই অসিগী রাখল্লোন্দ অচৌবা অশোয়বা লৈবনা ওইবা তাই।



# মীয়ামগী লৈঙাক

নিঙশিংবা থোক্লবা মতমদগী লেপ্পা নাইদ্রবা, মশিঙ থিঙমদ্রবা য়াওল কয়াগা লোয়নমিন্নরক্লবা মীওইবনি। তমথিরবা শা-ঙা কয়াগী অমম্থং মহৌশাগী ওইবা থুদোংথিবা কয়াদগী মশাবু কন্নবা হোৎনজবদা অরাবা-থুদোংথীবা কয়া মায়োক্নরক্লবনি। কাঙলুপ নাইবা থরায়পাম্বা ওইবনা কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমবু ওৎ-নৈবা অমম্থং কাঙলুপকী মনুঙদা অমগা অমগা অঙম তান্নরকপা, কাঙলুপ অমগী লুচিংবা ওইহুনা খ্বাইদগী হেন্না মনিঙ তম্নবা হোৎনরকপা অসিনচিংবা কয়া মায়োক্লহুনা লাক্লবনি। নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌ কয়াগী ওৎ-নৈবা, লমথৈ-মুন্নবগী লানফম কয়া, তৌবা ঙম্বা কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমবু মীনাই ওইনা শিজিন্নরকপা, অসিমচিংবা, থৌদোক-রাথোক কয়ানা লেপ্তুনা রাখল্লোল কয়া মীওইবদা পীরক্লি। মীওইবনা পাম্লিবসি নিঙতম্না হিংবা” হায়বসিনি।

২ মায়দবা কাঙলুপ ওইহুনা লোন থঙনত্রবস্থ অমনা অমগী

অরা-মুডাইদি পুক্লিঙদা ফাওনৈ। মীওইবা মশেল নোকমিন্নৈ, কপমিন্নৈ অমসুং হরাওমিন্নৈ। নমফুনা নত্রগা নম-হাহুনা তেংবাংহন্বা নত্তনা অমগা অমগা তেংবাংনবগী নিঙতম্বা ইথিন অমা মীওইবদা লৈজে। মহৌশানা মীওইবদা তম্বীরম্বা খুদোল "নুংশিব' না অমগা অমগা নক্লনবা লীপুন ওই; হিংবদ মথৌ তারকপা কয়ানা অমগা অমগা তেংবাংননবা মচাক ওইহন্দুনা হিংমিন্নবগী লীপুন ওইনা পুন্দুনা থম্মী। চহি খরগী মমাঙ ফাওবদা নিংথৌ অমসুং অঙম-অথৌশিংনা মীবু শা, য়োক্লগা শিজিন্নবগুম মীনুংশি খঙদনা শিজিন্নরকপা মালেমগী পুরারীগী লমায়দগী মুৎত্রি। কুনশুবা চহি চাগী তথ্যায় চল্লকপা ফাওবা মালেমগী লৈবাক কয়াদা মীওইববু মীওইবনা য়াম্না হম্বনা য়েংবীরম্বগী চৈনা লোইদ্রি। ওসিফাওবদসু অঙম-তাম্নবা অমসুং নিঙ-তম্নবগী রাথোক-লাস্থোক কয়া মালেমগী মচি মচিদা লেপ্লা লৈত্রি।

৩ নিঙ-তম্বা লৈবাক অমগী মমুঙদ হিংবগী মচাক কয়াদা নিঙ-তমদনা হিংবা অছুম্ব মীওইবনা পামদে। মীওইবনা পাম্লিবসি মুং-পান অনিমক্ত য়ৈথায়-থিনগায় য়াওদনা তং-তাবা পুন্সি ওইনা নিঙ তম্না হিংবা অছুনি। "নিঙ-তম্বা' অসিগীদমক মীয়োল কয়া লৌশাং শীংনা মশিঙ থীওমত্রবা থরায় কয়া কৎথোক্লরক্লিবনি। মীওই-বনা চারোন-শুরোয় অমুকী মতিক লুনা নিঙজৈ, মতুগী মহৈননি ওসি মীওইবনা পাক-শন্না হিংলিব অমদি নিঙতম্বগী মঙাল ফংলিবসি

৪ @ মশানা মশাবু ঙাকচ-শেঙ্গবা।

@ মান্নবা হক অমদি থৌদাং মীপুমতিংনা মান্ননা ফংহম্বা।

@ অমনা অমগী পুন্সি, লম্চুম অমসুং নিঙতম্বা মাঙহন্দবা।

@ ধর্ম্মদ মীচঙ-মীথায় নাইদবা। অসিনচিংবা।

রাখল্লোন্দা য়ুমফম ওইহনা খোইদোক-হেন্দোক্ত খঙ হৈরবশিংনা, মীওইবা মশানা মশাগী লৈবাক, লম্দম অমম্তুং নিঙতম্বা ভাকচ-শেঙবা অসিনা নিঙতম্বগী মপুঙনি হায়না লৌনহনা "মীয়ামগী লৈঙাক (গনতন্ত্র)" লিংই। লৈঙাক অসিগী থ্বাইদগী মরুওইরিবা মচাকক্তি লৈবাক-মীয়ামগী "রাখল্লোননি। কন ফজব লৈঙাক পথাপ লৈহনম্তু মীয়ামগী রাখল্লোনগী অর্ক কত্তগী মতুংইন্না লৈঙাকী অক-কত্ত ওইহল্লি।

৫ ভারত, মালেম অসিদ মীয়ামগী লৈঙাক (গনতন্ত্র) চৎপা, ফজরবা লৈঙাক পথাপ (সংবিধান) শাগোম্নবা থ্বাইদগী চাওবা লৈবাক্তি। ইংশোক ১৯৫০ গী জনুরারি তাং ২৬ তগী মশাগী সংবিধামগী মথাদা লৈঙাক চৎথরক্তি। চহি মঙা মঙাগী ওইনা পাংথোকদবা থোরাঙ কয়াগী পান্দম থম্বগা লোয়ননা মীয়ামগী মীহুৎ খল্লি। মীহুৎশিংনা রাজ্য অমদি কেন্দ্রগী সরকার শেমহনা লৈঙাকপগী থবক চৎথরক্তি। মনিপুর, ভারতকী শরুক মচেৎ অমা ওইনা শরুক য়াররক্তি।

২ মিথল :

ভারতকী মীয়ামা লৈঙাক থৌদা য়াজনবগীদমক মশাগী সরকার শেমজনবা মশাগী মীহুৎ খঙনবগীদমক ভারত সংবীধানগী মথাদা ইলেক্সন কমিসন্না মীথল পাঙথোকই। ইলেক্সন পাঙথোক্তিবা মরুওইবা মীথল শিংদি :— (১) কেন্দ্র সরকার শেম্নবগীদমক পাঙথোকপা মীথল জেনেরেল, (২) রাজ্যশিংগী সরকার শেম্নবগী-দমক পাঙথোকপা মীথল -- এসেমব্লি, (৩) সহর শেমগৎ-

শাগৎনবগীদমক পাঙথোকপা মীখল-মিউনিসিপাল অমসুং (৪) খুঙ্গং শেমগৎ শাগৎনবগীদমক পাঙথোকপা মীখল — পঞ্চায়ৎ - পরিষদ অসিনি ।

১ ভোট পীবগী হক ফংলবা ভারতকী মীয়াম্না, লৈবাক অসিগী মলুঙ অমদি মপান অনিমক্ত লৈঙাকপগী থবক ভৌবা ওয়া "অপুম্বা সরকার ( ইউনিয়ন গভর্নমেন্ট/কেন্দ্র সরকার )" শেমবগীদমক "জেনেরেল ইলেক্সন" পাঙথোক্কুনা মশাগী মীহুৎ খল্লি ।

২ ভোট পীবগী হক ফংলবা রাজ্যগী মীয়াম্না মশাগী ষ্টেত গভর্নমেন্ট ( রাজ্য সরকার ) শেমজমবগীদমক মশাগী মীহুৎ "এসেমব্লি ইলেক্সন" পাঙথোক্কুনা খল্লি ।

৩ রাজ্য অমগী মনুঙদ লৈবা সহর অমসুং নৌনা শেমগৎলকপা সহরশিংদা ভোট পীবগী হক ফংলবা মীয়াম্না সহর শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক বোর্দ/কমিটি শেমনবা মশাগী মীহুৎ "মিউনি-সিপাল ইলেক্সন" ভৌদুনা খল্লি ।

৪ খুঙ্গংশিংদা ভোট পীবগী হক ফংলবা মীয়াম্না খুঙ্গংগী চাউখৎ থোক্নাং পায়খৎনবগীদমক পঞ্চায়ত-পরিষদ শেমবগীদমক "পঞ্চায়ত —পরিষদ ইলেক্সন" পাঙথোক্কুনা মশাগী মীহুৎ খল্লি ।

২ ভারতকী ষ্টেত অমা ওইনা 'ভারত সংবিধান' গী মথাদ ইলেক্সন কমিসনা মনিপুরদসু 'মীখল' পাঙথোক্কুনা লাকলি । তৌইঙমবসুং ডিমোক্রেসিগী "ফ্রি এন্দ ফিয়ার ইলেক্সন" হায়বগী পান্দমগী কদায় কাওবা য়োনা মীখল পাঙথোক্লিবগে হায়বহুদি লমদম অসিগী মীয়াম্না খঙকম থোকই ।

৩ "......... মীয়ামগী থৌদাবোম ওইহন্বীহুনা প্রজা মীয়ামগী সেথা কংহন্বীয়ু ..............।"— মীচিক মীয়াওখোল তাক্রবা অহিংগী অচিকপদু থুগায়হুনা মকম থঙদনা মচা অমদি মপুরোইবা কায়নপ্রবী কয়া. লাইয়বগী চৈনাখোল থাঙবদা য়ায়বশিং, হিংবগী মহাউ থঙজম-জ্রবশিং, ওংগী নৈবীবগী চৈথেং কংলবশিং অসিমচিংবা কয়াগী মাপদা পূক্নিঙ শুমহৎনিঙাই ওইরবা, .মিয়বা খোঙ্জেলনা খোঙ্থাং ঠৈরকপদা পিগী ঈরা হোৌন। "ভোট পীয়গে" নিঙহন্বা খোঙ্থাং কয়াগা লোয়ননা নিঙতম্বা লৈবাক্কী নিঙতম্বা মীয়ামদগী শক্তি নিহুনা য়াজনিতিগী লুচিংবা মীরেপ কয়ানা মীথলদা মায়পাক্লবা হোৎনৈ। লুচিংবা অমদা চেনকম খোকপা থৌনা-লিংজেল, কংখোকপগী থৌনা, থুম্নাই অসিগী ওইরিবা থঙকম খোকপা ক্ষিভম, অসিনচিংবা কয়াগী মতিক লৈরমগনি থম্নহুনা মীয়ায়া থনখিবা মীহুৎ, মন্তিক্লবা হৈবা খোঙলোয় কয়াগী শেঙ্গা-থুমজাগী ময়াইবা শুমহৎতুনা থল্লকপা মীহুৎ অমম্বুং ক্ষমজাও অমদি শোইদনা পায়রকনি থম্নহুনা থল্লকপা মীহুৎ অসিনচিংবা তোঙান-তোঙাবা য়াথল্লোন্দ মাগী মাগী কেন্দ্রদগী থল্লকপা মীহুৎ হুমকুনা ষ্টেত অসিগী লৈঙাকপগী থবক চহি কয়াচুপ্পা পায়রক্লি।

৪ মীথলগী চৎন-পথাপকী মথৈদি গনতন্ত্রগী অশেংবা মীথলনি। থবক ওইনা পাঙথোক্লকপা মতমদনা শেঙ্গাও পায়বা লুচিংবা, শেঙ্গাও পায়ধা লল্লোঘা, মথোয়গী খোঙলোয়, য়াজনিতিগী লাল্লোয় অসিমচিংবা কয়ানা শেল-থুমগী ঈথক-ঈয়াংদা মীয়াম্বু তাউহন্দুনা "মীথল" অসি 'লৈবাক-মীয়াম লল্লোঘ'গী থুমাঙ য়াধা থৌয়াঙ অমা ওইনা চৎথরকই। ঈথক-ঈয়াং অমম্বুং হয়াও-কুমৈদা হৈনবী

নৈরবা খুন্নাই অসিগী লাইরবা মীয়ামশু ভুংদা লাকদবা অক ঋতুগী রাখল তৌরদনা কুইন্মগুম মুংঙাইবা ঈথক্তা তাউহনা অথঙবা-থঙদবা পুম্না শেঙ্গা-থুমজাগী ঈপাক্তা হেক্তা লুপপন্নিরে । “মীথলদা মীয়েপ অমনা কন্নিসন্না অয়াবা পীরিবা শেনফমদগী হেন্না চাদিং তৌবা য়াদে” — কনানা য়েংশিল্লিবগে ? কয়া চাদিং তৌপ্রবগে ? মতৌ কয়ম্না থিজিবগে ? “মীথলদা শেল পীহনা অমদি বস-হাহনা ভোট থাদহনা য়াদে” — কনানা শেল পীরিবগে ? কনানা লৌরিবগে ? রাজনীতিংসি মীয়াম চমৈ । ভাবতকী ষ্টেত কয়াদদি শেল্ল হেন্না চাদিং তৌরম্বগীদমক কেশ কয়া থাজংনবা মীয়াম্না তানৈ । অদুবু, ঐখোয়গী ষ্টেত অসিদ অদুগীদমক কেশ কয়া থাজংপা মীয়াম্না ফেংনপ্রবগে ? লুপা লাক কয়া-কয়া চাদিং তৌহনা মীথলদ মায় পাক্নবা মীয়ামগী মীহুৎ অমনা কারি তৌরকপা হৌনবগে হায়বসি খুন্নাই অসিগী মীয়াম্না মমুৎ তানা খুদ্বগী মতম থানমন্নবনি ।

৫ নমফুনা, শেলনা অমদি চিরোন-থারোন্না মীথলগী মীচঙ খোঙ্না হায়বসি গনতন্ত্রগী মরুওইবা কয়াৎ ওইরিবা মীথলগী অশেংবা শক্তম অদুদি মাঙহল্লে । মীয়েপ অমদ চেল্লিবা মন্তিক-ময়াই অদুদা য়েংলগা অমদি নৈনরবা মীয়াম্না নিঙতম্না অমস্তুং কন্নিগুম্বা নাম্বং অমত্ত য়াওদনা ভোট পীবা হায়বসিনা গনতন্ত্রগী অশেংবা মীথলনি । “অদুগুম্বা মতম অদুদি ঐখোয়গী নৈবাক্তসিদদি য়াম্না রাংলি” — হায়নৈ । রাখল্লোন-অসিনা অদুবনি , হায়বা লৌনবা ঙ্গারবদি — রাহত্তোক্তি — মমদম অসিদ চংনরিবসি গনতন্ত্রগী অশেংবা-মীথল অদুদি নত্তে । মথাতানা — ভোট পীগদৌরিবা মীয়াম্না ‘ইশাগী হক অমদি “ইশাগী থৌদাং” হায়বসি মমুৎ তানা-শঙবা ওঙমল্লিং মসি

চপ্ চানা খঙগদবসি মতম য়াম্না ৱাংলি হায়বা তাই ।

লৈঙাক পথাপনা পীরিবা 'হক' অমদি 'থৌদাং' হায়বসি ভোট পীগদৌরিবা অমদি মীয়েপ ওইগদৌরিবা মীয়াম্না খঙজ্রিমখৈ শেঙ্গা-থুমক্তা অমদি রাজনিতিগী তিরোন-খারোন নমথবা ওইথোক্লোই ; মসি নমথবা হেক ঙমজ্রিবমখৈ আইনগী অচুম্বা মীৎয়েং লৈবা ঙম্লোই আইনগী অচুম্বা মীৎয়েং লৈজ্রিবমখৈ সরকার অমদি মীয়াম অনিগী মরক্তা নকবা মরী থম্বা ওইথোক্কে । মরী অসি হেক লৈজ্রিবমখৈ লৈবাক মরা তপ্না শাথা অমসুং চাউখৎ-থৌরাঙ কয়া মায় পাক্না পায়খৎপা ঙমকনা খোক্কে ।

৬ মীয়ামগী লৈঙাক্কী অশেংবা শক্তম হায়বসি লৈবাক-মীয়ামগী রাখল্লোনগী মথা পোল্লি হায়বসিদি খঙনহুনা লৈরবা রাকল্লি । মীয়াম্না পাম্বা মীহুৎ খগ্গহনা মশাগী অকবা সরকার অমা শেমজবা হায়বসি মীয়ামগী হক্কি । হক অসিবু চুম্না পাঙথোকপা হায়বসিমসু মীয়ামগী রাখল্লোল্লি । মীয়ামগী লৈঙাক্কী মথাদা শাংলবা চহি চা তজ্মায় অমরোমসিদ অরা-তুঙাই কয়া থেংনরক্লে । ঙসিসু কয়া অমা মায়োক্নরি । থোরক্কদবা কয়া অমসু থম্না-নৈনরি । থম্না-নৈনকমসু থোক্লে - ঙসি লৈবাক - থুনাহ'সিদ ওইরক্লিবা ফিভম । মীয়াম্না কুপ্না য়েংশিন্দুনা, মমুৎতানা নৈনরগা অমুক্তং নে-তানা পুম্না থম্বমিন্নবগী 'তাঙ্গা অমত্তং লৌবা ঙম্নবদি অরাবা-থুদোংথীবা কয়াসিদগী' নাম্থোকপা ঙমকনা খোকই ।

১ চে শানবগী মচাক মরাঙ কায়না কংবা লমদম অসিদা পেপর মিলস্ লিংদহনা, চু অমদি লশিংগী পোৎথোক সিংথিনা

লৈত্তবা লম অসিদা স্প্যাইনিং মিলস অমসুং সুগর ফেক্টরি লিংবদা লৈবাক মীয়ামদা করি কান্নবা পীরি ?

২ লৌউ-শিংউবগী পোৎথোক মরাও কায়না পুথোকপা ওন্নবশীদমক লুপা ক্রোর কয়া চঙনা অমসুং লৌ-ইংখোল লম হেক্তর কয়া কয়া মাঙহন্দুনা পান্দম কয়াগী লোয়নননা থুংশেমগী ঈশিং খোঙ, দাম্নচিংবা কয়া শেম-শানবগী থৌরাঙ পায়থংলকখিবা ওসি কদায় কাওবগী থাক্ত মায় পাক্লবগে ? লম হেক্তর কয়াদা মায় পাক্ল ঈশিং পীহ্নুনা লৌমীশিংগী অরাবা কোকহখা কদায় কাওবগী থাক য়োরবগে ?

৩ লমদম অসিদা পোৎচাক মরাও কায়না কংবা সিমেণ্ট প্লাণ্ট করি করম্বা ফিভমদ-কদায়দা লিংলিবগে ? হৌজিক করম্বা ফিভমদ লৈরিবগে ?

৪ মীয়ামগী হকশেলগীদমক থক্লনব অফবা ঈশিং কংহম্নবগীদমক লুপা ক্রোর কয়া কয়া চঙনা পায়থংলকখিবা অরবান অমসুং ক্রয়েল রাটর-সপ্লাই স্কীমশিং চাদা কয়া মায় পাক্লা থবক তৌরবগে ? মীয়াম্না থক্লবা ঈশিং কংদবগী অরা মায়োক্লবা কদায় কাওবগী থাক্ত কোক্লবগে ?

৫ ইমুঙগী চঙদবা য়াদবা পোৎ-চৈগী মমল শেজাও পায়বা লল্লোমশিংনা অকা-অকুম শায়বা, অমরোমদ, শেন্থোক লৈজদব লাইরবা মীয়াম্না খেংনরিবা রাথোক খঙবিবা মীয়ামগী মীহুৎ লুচিংবা কনানা করি করম্বা খোঙথাং লৌরিবগে ?

৬ লমদম অসিদা সরকারনা লিংলিবা ক্লশিং লাইরবা -

ইমুঙগী অঙাংশিংগীনি। ক্লবগী ফিভম, অঙাংশিংগী ফিভম অমসুং ওজাশিংগী অরাংঅপা কনানা য়েংশিন্নীরিবগে ?

৭ মীয়ামগী নিঙতম্বা, পুন্সি অমসুং লম্চৎ কনানা ঙাকপি শেনবীরীবগে ?

৮ গুকম-নোমকম খঙদবদগী শেম্লোক লৈতম্বনা হিংনবগী লানফম মায়োক্নবা গুন্নক্রবা খুন্নাই অসিগী মীয়ামগী শেম্লোক লম্বী পীননবা করি-করম্বা থৌরাং পাক-শন্না পায়খৎলিবগে ?

৯ লাইরিক-লাইগু হৈবা-হৈতবা নহারোল লিশিং কয়া'সিগী হিংনবগী লম্বী পীননবা করি করম্বা কয়াৎ থম্লিবগে ?

১০ এঃ আইঃ দিঃ এসঃ লায়না অসিগী হৌরকফম ওইরিবা হিদাক 'হেরোইন' কনানা য়োল্লিবগে অমদি কনানা মসিবু থিংলিবগে ?

১১ হয়েংগী চারোন-গুরোনগীদমক কনানা কম্নি তৌরিবগে ?

১২ খুন্নাই অসিগী হিংনবগী থরায় হাপ্লিবা লৌমীশিংগী ফিভম মতৌ করম তৌনা য়েংশিন্নীরিবগে ? অসিনচিংবা কয়াসি থন্ন-নৈনম্বনা খুন্নাই অসিবু কলহৌবা তঙাই ফদে।

৭ মীখলগী মীয়েপ. ভোট পীরিবা মীয়াম অমসুং চেল্লি-চোংলিবা পুন্নমক লৈবাক-খুন্নাই অসিগী মী ঙাক্লি। তৌইগুম্বসুং, 'ঐ-ঐগুগী' ওইবা পীক্লবা রাখল্লোন অমদ খুন্নাই অসিবু কাওথোক্লুনা অতোপ্পদগী লাকপা লল্লোম্বগী শক্তম লাংহ্নুনা, মীয়ামগী লৈঙাকী য়াংলেনগী শক্ল ওইরিবা "মীখল" হায়বসি "শেঙা-থুমজা" গী হৌরকফম ওইহনবা হায়বসি খুন্নাই অসিগী লাইবক থীবনি।

—□—

# নিঙ তম্নবা লুচিংবশিং

১ নাকন কয়াদা য়েংলুবদা অনীকপা ভারত অমগুম্নবা চৈন্ত অসিদা রাজনিতি কয়াগী লুচিংবা কয়া অমস্থুং দলগী থুদোংচাবা ফংবা ঙম্নহৌত্রবা মরোমদোম লৈজবা লুচিংবা কয়া লৈ। মীথলগী মতমদা থুদোংচাবা ফংবা-ফংদবগী মতুংইন্না মশাগী ফিরেপ ন্নৌবগী চংনবী অমা থুন্নাই অসিদা লৈবনা দল অমদা য়াঙবা নত্রগা তোকপা, অতোপ্পা দল অমদা অমুক য়াঙশিন্না নত্রগা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপ অমা ঙইবা অসিনচিংবা কয়া চংলৈ। মীথলদ মায়থীহৌবা মীরেপ লুচিংবা কয়ানা মথোয়দা মীয়াম্না শক্তী পীত্রবনিনা উপাই কন্ন্থু লৈজে খন্দুনা তুমিন-তুমিন মথংগী মীথল ঙাইনবা য়াঙ. মীথলদ থাদথিবা শেনফম্না কোক শাহন্দুনা ঙাঙচংনবা য়াঙ, হৈ-শিংবা, লমহুই লৌশিং লৈবা কনানা চিরোল-খারোল তৌহুনা মাঙখিবা শেল হন্জিন্নবা হোংনবা য়াঙ অমদি শেন্দোং তান্নবা মীরেপ ঙইরুবা য়াঙ, মানা মানা থোকপা তৌনহুনা লৈনম্নে। মীথলগী মাঙঙইননা মথোয়না ঙাংখি-শকখিবা অমস্থুং মথোয়না মীয়ামদ থমখিবা, লৈবাক থুন্নাই অসিনা ম'রোক্রম্নিবা থৌদোক-রাথোক কয় থোনা ফনা মায়োক্নবগী থবক লেপখ্রে।

২ অসোমদনা, মীয়াম্না পীখিবা শক্তি অহু মপুঙ ফাহন্নবগীদমক সরকার শেম্নবা হোংনরি মার পাক্লবা মীহুংশিং। শেম্নিবা সরকার অহুনা থর অমগী ঙইজবা ফংত্রবদি মহু থুগায়রগা নত্রগা মচেং অমা ফক্তোক্লগা শেমজিন-শাজিন্দুনা থুদোংচাবা ফংনবা হোংনহৌবা, সরকার শেম্নিবা দল অহুবু পামত্রবস্থু ঙইজবা থর মশাগী ঙইনা ফংগদৌবা। লৈরবদি মশাগী দল অহু থাদোক্লুনা য়াঙশিন্না অসিনচিংবা

কয়া অসি নিঙতম্লব লুচিংবশিংগী হৈনবী ওইনা তৌই। মীয়াম্না মশাগী সরকার শেম্লবগীদমক ফংজিবা হক অহুতমক লিম্বিবনা মীতুংশিংনা সরকার শেম্লবগীত হোৎনবিবসি — মীয়াম চযমে। ওসিমক, থুনাই অসিগী মীয়াম্না মায়োক্নরিবা রাথোক-লাম্থোক কয়া শুকম-নোমফম খঙদবনা শেম্থোক লৈত্রিবা, পুকীপ্লক্লা অরা-মৈশা লাংজিবা মীয়াম, নহাবোল লিশিং-লাক্ক কয়'গী থরক কুৎরবী নোংমা-নোংমগী চাওখৎলক্লিবা রাথোক, কাঙলুপ মশেল ঝুৎরু ঝাবগী ইরাং মসিনা থুনাই অসিদা পীরিবা চৈফু অমদি চৈথেং, মীয়ামগী পুন্সি, লম্থ্রুম অমসুং নিঙতম্ববু ঙাকপী শেম্বীরিব ঙাকশেল কাওবুনা মীয়াম্ব ওৎপী-নৈবীবা অমসুং নিঙতম্ববু তুংওইনদ্বাবগী মৈশা অসি-নচিংবা র'থোক-লাম্থোক কযাসিদা থোয়দোক্লা পুক্লিও চঙশিনা উদে। করিগুম্বা গৌরম অমদা নত্রগা মীযামগী মীতিন কয়াদনি পুম্নমক্নি কোক্লনবা কম্না হোৎনম্নি হায়না লাউ-খোংবদি তৎতমা তানৈ।

৩ মালেমগী লৈবাক কয়াগী পুরানীগী লমায়দা য়েক্লিবা মীয়ামগী লুচিংবা কয়াগী থবক্তি মীযাম্ব অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবা ওম্লবগীদমক খঙদবা কয়া খঙগন্দুনা অমুক তাক্লবা লৈতনা মথোতাবা কয়া পাঙথোকপদা মশাগী থৌদাং য়াব। ওম্লবা হোৎনৈ। ভারতকী পুরানীগী লমায় ফাক্কংতুনা য়েংলবস্ত বৃটিশকী মথুংতগী নিঙ তম্লবা হোৎনরকপদা থৌনা ফরবা-ফরবী কযাগী থরায কংনখি। মখোয়না তৌরম্বা থবক অমদি চৎথরম্ব লম্বী কয়া অহুগী খুদোং-চাবা লৌহুনা মহাত্মা গন্ধীজিনা ভারতকী মীপুন তিংনা ভরতকী নিঙতম জন্দলোন্দ লৌফম থোকপা থৌদাং খঙহন্বনা খে হুতও অহুগী

তঙাইফদবা লম্বী ওইগনি হায়বগী ৱাখল্লোন্দ কৱিগুম্বা অমগী থেম্ৱবা থমদনা পুম্না খোদাং লৌমিন্নৱকথিবনি ।

৪ লমদম অসিদা মীয়াম্না ময়োক্লবিবা থোদোক ৱাখোক থুদিংমক দিল্লিদা লৈবা কেন্দ্র সরকারনা খঙকম থোক্তে । মখোয়না থোদাৱকপা লমদম অসিগী সরকার অমদি লুচিংবশিংনা ঙাইহনা লৈকম থোক্তে । পুম্নমক মশা মশানা মায়য়োক্লকহনা ইঙনা-তপ্না ঙৈথাৱ-থিনগাৱ য়াওদনা লমদম অসিগী মীয়ামদ মথৌ তাবশিং লিংথিনা খঙহন্দুনা মীয়ামগী তং-তাবা পুন্সি পুৱকপ ঙম্বা হোৎনবদা চঙকম থোকপা মচাক কেন্দ্র সরকারদগী তক্লহনা লৌকন থোকই ।

অহুবু; সরকার পায়বা পার্টি নত্রগা পার্টিশিং অমৱোমদ, সরকার পায়দবা পার্টিশিং অসিগী মরক্ত নাকন-মাকন লেপ্লহনা অমনা তৌবা অমনা য়াদে অমম্মুং অমনা হায়বা অমনা তাদে । মসিগী মথি লৈবাক-মীয়ামদ তাহন্দুনা থুম্নাই অসিগী অপুম্বা লিংজেল ঙাকপদা অচৌবা অকায়বা অমা ওইহল্লে । তৌইগুম্বসুং মায়োক্লবিবা ৱাথোক লাম্থোক কয়া'সিদি মৈৱীনা লাইৱ-ইনাকথুম্বা থায়দবগুম্বনি ।

৫ লৈবাক-থুম্নাই অসিনা ঙসি ওইৱক্লিবা কিন্তম — কাঙলুপ নাইনৱকপা, শেন-থুমগী কিতম কৎলক্তবা, হিংবগী নিঙ-তম্বা লৈৱক্তবা, মশাগী ইকাই থুম্বা ঙাকপা ৱাৱকপা অসিনচিংবা কয়া'সি মীয়াম্সু অচুম্বা লম্বীদা লৱজিংবা ৱাংপদম্বীনা হায়বদা লানগদবা মান্নে । শীকপ্তবা ষ্টেত অসিদা পোলিটিকেল পার্টি মশিঙ খঙদনা লৈ । পার্টি অমগী মমুঙদসু মশাগী ওইজবত য়েংবা লুচিংবা কয়া অমসু ওইজবা লুমহনা লৈনৈ । মখোয় মশেনগী মৱক্ত মাগী-মাগী মীচঙ থোম্নহনা ৱাজনিতিগী থুদোংচাবা লৌননথা শেম-শানৈ ।

খুদোংচাবা অমসুং চাদবগী তুংইন্না পাটী অহুবু শরুক কয়া খোক্লা কায়হল্লি। মহুগী মখি মীয়ামদা তাইহল্লি। মশিগুম য়াম্নবা রাজনিতিগী পাটি, অমদি নিঙতম্নবা লুচিংবশিং, অসিনা মেজোরিটী ফংবা রায়কপগা লোয়ননা মশাগী ওইজবা য়েংহনা মীচম লেপ্পবা হোংনরকপা কয়াসিনা রাজনিতিগী চরক-চহিংনবা খোকহৎত নত্তনা লৈবাক-মীয়াম্বু অমম্বা ঈপাক্ত ঈরাক্লহল্লি।



## রাজনিতিগী ইথিন

মায়দবা শকথঙলবা লোন কুনমাপল অমসুং শকথঙদবা কয়াগী অপুম্বা মীওই কাঙলুপ কয়ানা পুন্না থুন্দ-লৈতামিন্নরিবা ঐখোয়গী মনিপুরনি। মসিগী মথক্ত তোঙান-তোঙাম্বা রাজনিতি দল কয়াগী লুচিংবশিংগী মায়দবা রাখললোন কয়াদর্ণী লর্ম্মুক্র-রিবা মীয়ামগী লৈবাক-থুম্নাই অমনি! মীথলদা মায়পাকপা তম্নবগীদমক মীরেপ অমনা চহি চা কয়াগী মমাঙদা খোকখিবা খোংদোক-রাখোক্কী লমন থুম্নবগী রাশক লৌবা লুচিঙবা কয়া অমম্বু য়াওদবা নত্তে। কনা অমনা মাগী কাঙলুপ্তগী ওইবা থবক কয়া পায়থং-নবগী রারেপ লৌবা, থম অমনা ওইজবা লৌনবগী হোংনথরকপদ পাটিগী চংন-পথাপকী য়াংমা লাম্বা থবক তৌরকপা পাটিগী টিকেৎ পীবদ পথাপ কাম্না পীবদগী পাটিগী মীহুৎ মাঙলকপা অসিনচিংবা কয়ানা মীয়ামগী রাখল্লোন্দা তং-তাদবা খোকহল্লি। মীথলদা মায়-পাকপা তম্নবগীদমক তৌদবা রাদবা অমা ওইনা শেঙা-থুমজা,

চিরোন খারোন অলদি নমজা-নমথেক্লবগী মওং-মতৌ কয়া শিজিন্নরকপ-মগী গনতন্ত্রগী অশেংবা শক্তম মাঙহনবত নত্তনা মীয়ামগী মরক্ত কাওলুপ নাইনহুনা থরুম থম্নরকপা অমসুং নাকপাক তানহুনা খুৎথোক্লরকপা, অসিগুম্বা থৌদোক-রাথোক কয়ানা মীয়ামগী অপুম্বগী লিংজেল মাঙহন্দুনা খুন্নাইগী অপুম্বা শক্তম ঙাকপদা অহোবা কয়া লাকহল্লি।

২ নন গোভর্নমেণ্ট ওর্গেনাইজেসনশিং (ক্লব), মহৈরোইশিংগী ওর্গেনাজেনশিং, নিপীশিংগী সোসিয়েল ওর্গেনাইজেসনশিং অসিন-চিংবা কয়াদা রাজনিতিগী ইথিন পীশিন্নবা হোৎনরকপা অমদি পীশিল্লকপদগী ওগেনাইজেসনশিংগী মরক্তা অমসুং মমুঙদা লিংজেল য়ান্নদবা থোকহন্দুনা লৈবাক-খুন্নাইগী ওইবা থবক কয়াদা পুন্না থৌদাং য়ামিন্নবগী খুদোংচাবা মাঙহল্লি। লোয়ননা খুন্নাইগী মপাঙ্গল শোঙ্হল্লি।

৩ চাউখৎ-থৌরাংগী থবক কয়াদা রাজনিতিগী ইথিন চঙলকপদগী চৎনেৎ-খোয়েৎনবা কয়া থোকহন্দুনা থবক্ত অপথা ওইহল্লি। অচৌ-অচৌবা থবক কয়া অমসু মায়পাকপা ঙমদনা লৈরি। অসিগুম্বা কয়াসিনা লৈবাক মীয়ামগী চাউখৎ-থৌরাঙদা অপম্বা ওইহনবগা লোয়ননা শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহনবদা অমদি হিংবদ অরাবা ওইরক্লকই।

৪ মহৈ তমকমশং কয়াদা রাজনিতিগী ইথিন্দা ওজাশিং থাংদোক-থাংজিন তৌবা অমসুং অরাৎ-অপা কয়াগী পীথোক পীশিন্দা অপম্বা লৈবা, অসিগুম্বা মরমশিং থোকহনবদগী মহৈ-রোয়শিংগী মহৈ-মশিং তম্বদা অপম্বা লীবত নওনা য়ৈথায় থিনগায় কয়া থোকহন্দুনা লাইরবা খুন্নাই অসিদা অরাবা চৈথেং কয়া পী ।

৫ রাজনিতিগী ইথিল্দা খোক্লকপা থৌদোক-রাথোক কয়ানা থুরাই অসিগী মী কাঙলুপশিংগী মরক্ত উংখৎনবা রাখল্লোন পোকহল্লি। কাঙলুপশিংগী মরক্ত খোক্লকপা মীহাৎ-মীপুনগী থৌদোক-রাথোক কয়ানা মীয়ামগী শুনোহ্নগী লপবা কয়া থোকহন্দুনা শু'নোমহুনা হিংজবা মীওই কয়াদা হিংবগী অরাবা চৈথেং ফংহল্লি । লোয়ননা কাঙলুপকী ঈরাং হেনগৎলক্লবগী মচাক ওইহল্লকুনা মীয়ামগী তং-তাবা পুল্লি মহিংদা অকায়বা পীরকই ।

৬ রাজনিতিগী ইথিল্না মীয়ামু লায়া লমজিংবত নত্তনা আই-নগী অচুম্ব মীৎয়েংবু নাথৈহন্দুনা আইনগী পাঙ্গল শোম্বহল্লকই ।

খুদম ওইনা :—

১ মীওই অমা মীহাৎপগী মরাল লৈরে হায়দুনা পুলিশনা ফারে। নাকন কয়াদগী কুপ্না থিজিন্দুনা মীহাৎপনি হায়বগী মতিকচাবা প্রমান পীননব চপচাবা মচাক কয়া ফংলহুনা কোর্টকীদমক মরি-লৈমবা চে-চাং থাগৎনবগী শেম-শাবা লোইরে। মরকসিদা সরকারদা য়াওদবা পোলিতিকেল পার্টি খরগী লুচিংবা খরনা "পাল্লিবা সরকার অসিনা অশেংবা মীহাৎপা পুথোক্তুনা পীফম থোকপা চৈরাক পীবা ঙমদ্রে। লৈবাক অসিদ আইন থোঙগাওনরে। মতিকচাদ্রব সরকার কম থাদোকউ" — অসিনচিংবা খোল্লাউ কয়াগা লোয়ননা মীচম কয়া খোমজিন্দুনা 'রেল্লী' চৎলে অমদি 'বন্দ' কয়া কৌরে। অসোমদনা, পার্টি খরনা পুনশিল্লগা মেজোরিতি শেমহুনা ফেরে ফেয়ে হাইহুনা পাল্লিবা সরকার, পুলিসন তৌরম্বা অচুম্বহু নমসিন্দুনা মতম খরগী ওইনা থমহনগ্রে। মরমদি মহু পুথোকলুরগা "ওপোজিসন

পার্টিনা লাউ-খোংবদগী পুখোকলক্লিবনি নত্রবদি শেঙ্গা-থুমজা তৌরগা নমশিন্দূনা থমল্লদৌবনি" হায়না মীয়ামদা লায়া উইন্দুনা সরকার কায়ব য়াবগী মওং অমা লাকপা য়াই চিংনবদগীনি। অসুমনা, আইনগী অচুম্বা মিয়েংবু নাথৈহল্লে। অমরোমদ, মীহাৎপস্থু কংকম থোকপা তৌরক্কগী নাম্থোহল্লে। নাকল অমদা, রাজনিতিগী ইথিন্দা মী হাৎপগী অকিবা লৈরক্কে। মসিনা থুম্নাই অসিদা থৌদোক-রাথোক কম্না থোকহন্নবগী মচাক ওইহল্লি।

২ কুনাগুম্বা অমা য়ানা অঙকক্লবা মরালগীদমক পুলিসনা ফাহুনা কস্তদিদা থম্মে। মরাল অহুগীদমক চৈরাক কংফম থোক্লে খঙলহনা কোর্টকীদমক শেম-শাবা লোইরে। মখুম্র, মীহুৎ লুচিংবা অমনা মহাকপু থাদোকখিনবা অকম্বা পাউতাক পীরক্লে। শকমায় রেংনহুনা তন্দে-মান্দে থাদোকপ্রে ? মসিনা পুলিসনা তাক-শেল্লিবা আইনগী মপাংঙ্গল শোম্ভহবত নত্তনা পুলিসকী লোয়শঙ কক্কহনা শেঙ্গা-থুমজাগী মকোন শাহন্নবা ইথিন পীহল্লে। অসিগী মথক্ত, কর্মীনবা লৈরবা অমম্থং শেক্‌মগী অরাংপা তৌত্ররদি কনাগুম্বা অমম্বা অচৌ-অচোম্বা মরাল লৈবা থবক হন্না হন্না তৌবগী অকিবা লৈহন্দহুনা হিংবদা য়ায়রা লৈবাক-থুম্নাই অমা ওইহন্নকপা ময়োল্লে।

৩ মশক-মতৌ কজবী লৈশাবী অমা শিহুনা লৈরম্লে। মীওই অমনা নত্রগা থম্মা হাৎপনি হায়বগী থুদম কংলহুনা অশেংবা মীহাৎপা থিদোক্তুনা ফাননবা হোৎনবা হায়বসি পুলিসকী মথৌনি। মীহাৎ-মীশি অহুগা মন্নী লৈনরম্বা চিংনবা মীওই কাহুনা য়াহং-পাউহংবা হায়বসিমস্থু অশেংবা মীহাৎপা খঙনবগীদমক পুলিসকী তৌফম থোকপনি। "অশেংবা মীহাৎপা ফাদহুনা মরাল তৌজদবা মীওই

কয়া কাজিন্দুন সরকার অসিনা মীয়াম্বু শিঙনরে। মীহাৎ অসি রাজনিতিগী মীহাৎনি" — হায়না রাজনিতিগী ইথিন্দা সরকারদ মরাল শিরে। থম্মোয় শোক্না মীহাৎ-মীশি অচুদা পেময়ববা মীয়াম "অশেংবা মীহাৎপা পুথোকউ" হায়না লাউচুনা 'রেল্লী' চৎলে "বন্দ" তৌরে।

৪ লৈবাক-মীয়াম, অচুম্বনা করিনো; অরাঘনা কদায়নো মথোং মরম থঙহন্দে। তশেংনা থঙলিবা হায়ববু মরাল লৈরবশিং অচুতননি। পুলিসনা কারবশিং অচুদা "অশেংবা মীহাৎপা" য়াওদে হায়বা থঙবা কনাবা অশেংব'চু থঙননবা পুলিসকী মতেং পাংথীচুনা আইনগী পাঙল হাপ্লীবদা করি অকায়বা লৈগদগে? মীহাৎ-মীশি অচুদা থুদোংচাবা লৌচুনা পোলিতিকেল সেন্টিমেণ্ট শাগৎলগা লৈবাক রাথোক ওইহন্দুনা পাল্লিবা সরকার অচুবু কায়ননবা কন্না হোৎনবদগী উচিন-নাচিন্না কায়রে হায়না লৌরসি। লাউ-থোংবদা রাজরবা লুচিংবশিং অচুনা থোমজিন-তাশিন্দুনা অনৌবা সরকার অমমুক শেম্লে। থৌশিল-থৌরাঙ, শেঙ্গা-থুমজা অসিনচিংবদা হায়গীদগী তাদে।
৫ অনৌবা সরকার অসি অমুক থুগাইনবগীদমক লৈবাক রাথোক ওইহবা রাবা, পোলিতিকেল সেন্টিমেণ্ট শাগৎনবগীদমক মরায়বক থীরবী মশক-মতৌ কজবী কনা কনা অমুক হাৎতোকপা তাবগে? কায়না তেংথাথোলনা থোম্বাং য়ৈচুনা লৈরিবা থুন্নাই অসিগী মশক মতৌ কজবী চন্নুরাশিং অসি পোলিতিকেল সেন্টিমেণ্ট শাগৎনবগী মচাক ওইহবগী চৎনবী অমা লাক্লবদি থুন্নাই অসি মতৌ কররা হিংগদগে?

৬ মী হাৎপা আইন্না য়াদে; অচৌবা মরান্নি। মী অমগী মপোৎ মী অমনা মাঙহন-তাকহন্বা অমদি মী অমগী নিঙতম্বা অতোপ্পা অমনা মাঙহন্বা আইন্না য়াদে। অশিবা অমস্থং অহাৎপা অনিমক্কীনি — পুলিস। পুলিসনা থিন্নিবসি মরালছু অনি; ফান্নিবা মী মরাল'ছুগীনি। মরাল'ছুগী চৈরাক আইনগীনি। পুলিসনা অচুম্বা অমা তৌরকপগীস্থু রাজনিতিগী ইথিন্দা "অন্দলোন — বন্দ" অমাম্বা, তৌরক্লবস্থু "অন্দলোন-বন্দ" তৌবগী চৎনবী অমা লৈহল্লকপা তারবদি পুলিসনা তোগদোন্নিবা অচুম্বসি করিনো হায়বসি মীয়াম্না খঙ্গমিন্নরগা থৌদোক রাথোক অমদা শরুক য়াবনা হেন্না অফবা ওইফম থোকই।

৭ থরায় পান্বশিংগী পুন্সি, লন্থুম অমস্থং নিঙতম্ববু আইন্না ঙাক শেল্লি। অসিগুম্বা আইন, ঙকশমদ লিক্লাং ওইনা শিন্নগা থুংত থুংলায় পায়হনা মপুন্সি কৎথোক্লুনা মসিবু ঙাক শেল্লিবনি — পুলিস। মীয়ামগী মীহুৎ অমা ওইনা লৈঙাক থৌদা লোন্নমদাইদা শকথিবা 'রাশক', মীয়াম্না মতোন্দা শিন্নখিবা 'শক্তি' ওন্ন-তৈননা শেঙ্গা থুমজা অমস্থং লৈঙাকী চিরোন-থারোনগী লিক্লাং মরক্তা মশক-মচু থোক্লবা আইনবু লৈথেৎ ওইনা শিজিন্নবা তারবদি আইনবু ঙাক-শেল্লিবা থুংলায় পায়বশিংনা মশাগী মথৌ পায়রমদাইদা লৌথিবা 'রাশক' ওন্ন-তৈনহল্লকপা মশানা তাবনি। আইনবু ঙাকপি-শেন্বীন্নিবশিংনা আইনবু মীরায়রক্লবদা আইনগী অচুম্বা লৈবা ঙমকম থোক্কে। আইনগী অচুম্বা মিৎয়েং লৈত্রবা লৈবাক, হিংনবগী নিঙতম্বা লৈত্রবা লৈবাক অমনি।

৮ লাইরবা মীয়াম্না থুল্লিঙহুনা লৈন্নিবা লাইরবা থুম্নাই অসিগী

মঙুঙদা হিংলিবা মমা-মপা কয়ানা মচা-মশুশিংবু মীমাম্লনা শেম্বী-শাবীবা ওয়্নক্লিবা, সৌমী-শিম্নিশিংনা লৌউ-শিংউবগী অমদি শু-নোম্বগী খুদোংচাবা ফংবা ওমন্রিবা, মহৈরোয়শিংনা মীমাম্লনা মহৈ-মশিং তম্বগী খুদোংচাবা ফংঙমদবগী অরা-মৈশা লাংলিবা, শান্নরোয়শিংনা মীমাম্লনা মতিং থোক্না শাম্লবা ওমল্লিবা অমসুং মপা মমাগী পাম্বোম্ন মথাদা চহি কয়া চুপ্না মহৈ-মশিং তম্ন্রগা শেম্বোক লম্বী ফংবা ওমদবদগী মথোয়গী তৌবীমল থঙবা ওম্নক্তবদ নত্তুনা হিংনবগী লম্বী উরক্তুনা আইনগা শিঙনবা থবক কয়া তৌরক্লিবা; নাকল অমরোমদা, লৈবাক-মীয়ামগী হিংনবগী লম্বী উরক্লিবা অসিনচিংবা কয়াদা পোলিতিকেল সেণ্টিমেণ্ট শাগৎতুনা কংথোকপগী থৌনাগা লোয়ননা অচুম্বা মিৎয়েং লাক্তুনা (থমতুনা) লৈবাক খুন্নাই অসিবু কম্লনবা চোংথোকপা ওম্বা রাজনিতিগী লুচিংবা অতাওবা ওইরি।

৯ পুন্নমকাসি রাজনিতিগী ইথিন্দা মীয়াম্বু লাম্না লমজিংবা অমদি তৌরকপা থবক কয়ানা মীয়াম্বু চমম্লহন্বা অসিগুম্বা কয়ানা খুন্নাই অসিগী মীয়াম্না মশাগী হক অমদি থৌদাং খঙনা শিজিন্নবা ওমহল্লক্লবা অসিনা খুন্নাই অসিবু অরাবগী ঈপাক্ত ঈরাক্লহল্লে। মরম অসিনা মথৌ খঙনা পাঙথোকপদা "মাম্লবা খুন্নাই" অমা ওইহন্বা তঙাইফদে। রাজনিতিগী ইথিন্না খুন্নাই অসিবু অমসুং খুন্নাই অসিগী মীয়ম্বু ককওাও-নহন্দুনা অচুম-অরান অমদি অফ ফত্ত লেপচবদ অচৌবা অন্নাবা ওইহল্লে ছায়বসি মীয়াম অসিনা মিংকুপ খুদিং ঙাংন-শোম্নতুনত লৈরবা মতম অসিগী ফোং-ফোং শাবা রাফম্নি। মরম কয়ামুক্তগী য়েংলগা অন্নাবা কয়া অসি কোকহন্বা ওম্নবগীদমক মীয়াম্না মমুৎ তানা খম্মিন্নবগী মতম লিংথিদৌরে।

# আইন

মীওইবা মশেলগী মরক্ত খেন্নবা লৈতনা, নিঙতম্না অমনা অমগী পুন্সি-লনথুম থাঙহন্নদনা অমদি মরাতপা হিংমিন্নবা ওন্নবগীদমক লৈবাক অমগী মশাগী "সংবিধান (লৈঙাক পথাপ)" শেম্মী। সংবিধান্না মশাগী মীয়ামদা পীরিবা অয়া-য়াদ কয়া, চুম্না ঙাক-শেন্নুনা তং-তানা হিংমিন্নবা ওন্নবগীদমক 'আইন' শেম্মী। আইন্না মীওইবত নম্তনা লেঙলি-পান্নিবা কয়াবুসু ঙাক-শেল্লি। আইম, মিৎয়েং অনি খোক্না য়েংবা য়াই। মথুদি — মপাম্থোংগী ওইবা আইন অমসুং সুংগী ওইবা আইন।

২ সংবিধান্না মশাগী মীয়ামদা পীরিবা অয়া-য়াদ কয়াবু নমফু য়াওনা ঙাক শেল্লিবা চৎন পথাপ অমনি মপাম্থোংগী ওইবা আইন। মরালগীদমক মতিক চাবা চৈরাক্ত তুংইন্নহনা মসিবু মপাঙল কলহল্লি। আইনবু নিংথিনা খঙ-হৈরবা মতিক চাবা কনানা অচুম-অরান খায়েল্লি।

● থাজব, সুংশিব, অচুম্বা, ঙাকপিবা অসিনচিংবা মহৌশানা মীওইবদা তম্পীরকপা খুদোলনা মীওইবা মশেল অমগা অমগা নমফু য়াওদনা মথা পোন্নহন্নবগী অমসুং নরুহন্নবগী লীপুন ওইবা লীচৎ অমদি অহুম্নক লোয়নজরক্লে। অহুম ওইনমক মীওইবা হান্নবসি তশেংবা মক্তি, থরায় পাবশিংগী মমুঙদা খ্বাইদগী হেন্না শাথীবা, অমসুং মরোমদোম নিঙতম্বা য়ায়া পাম্বা কাঙলুপ নাইবা থরায় পানবা অমনি। চহি লিশিং লিশিংগী মমাঙদগী শাহিং চাবা শা-ঙা

কয়াদগী, মহৌশাগী ওইবা য়েথায় থিনগায় কয়াদগী অমস্বুং মশেলগী মরক্ত অঙম তাম্নবগী লানফম কয়াদগী মশাবু কঞ্জহুনা মশিং থীঙমন্ত্রবা য়াওল কয়াগী তুংদা ঙসি মীওইবনা খ্বাইদগী মকোক থোংবা থরায় পাম্বা ওইনা হিংলি। খোদোক-র থোক কয়াহুনা রাখলগী অনৌবা মঙাল পীবস্তু লেপ্পা লৈতে। ঙল্লিঙৈ, মীওইবনা লোন শিজিন্নহুনা অমগা অমগা পুক্লিংগী অনিঙবা ফোংদোক্লবা ঙম্নকপা মতম অতুরাইদগী হৌনা মহৌশাগী ওইবা য়েথায়-থিনগায়, নোংজ্ নুংশা, থঙবদ রাবা অফ-ফত্ত অসিনচিংবা মীওইবনা খঙবদা অরাবা ওইবা কয়া'সিবু ওইহন্বা ঙম্বা অমদি লৈ হায়বগী থাজনবনা "মহাক" পু নিঙজবগী চৎনবী অমদি লৈরক্লে।

তাইবং পাম্ববু শেম্বী শাবিরিবা মহাক্ক মীওইবনা তৌবা থবক্কী মহৈ অফবগীনা ফনা ফত্তবগীনা ফত্তনা ফংহল্লি হায়বগী থাজবনা মীওইবমা ফত্তবা শাজৎ-লীচত্তগী লাপথোক্লবা হোৎনজে। অমুক, 'নুংশিব' অমস্বুং "ঙাকপিব" না মীওইবা মশেল অমগ অমগা পুনশিন্ননবগী লীপুন ওই। অস্নুম্না, মহৌশাগী ওইবা পথাপ্না অচুম-অরান লেপচহ্নুনা মশানা মশাবু ঙাকচ-শেঞ্জবগা লোয়নমা নমফু য়াওদনা মীওইবা মশেল চাম্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবগী অকম্বা লীপুন ওইরিবা পথাপ অসিনি "নুংগী ওইবা আইন"।

৪ নুংগী ওইবা আইন্না মপান্থোংগী আইনবু মপাঙ্গন কহলল্লি মীয়ামগী মীহুৎশিংনা লৈঙাক থোদা লৌরমদাইদা "রাশকপা"গী থৌরম পাঙথোকই। লৈবাক-মীয়ামগী পুন্সি, লম্হুম অমস্তুং নিঙতম্ববু ঙাক শেল্লিবশিংস্তু মশাগী থোদা লৌরমদাইদা "রাশক"

লৌই। থোরম অসি মশানা মশাবু থাজবা থমহনা শথাপ চুম্না মথৌ তৌনবগীদমক তাইবংগী মপু ওইরিবা মঙোন্দা রায়েপ পীবনি। রায়েল্লিবা মহাকস্তু অচুবগী মাইকৈদা লেপ্পনবগীদমক রাশক পী। অন্দুম্না, মুংগী ওইবা আইন্না মপাম্মোংগী আইনবু অচুম্বা মিংয়েং থমহনহনা মপাঙ্গল কন্না মীওইবা অমমুং লেঙলি পাল্লিবশিংবু ঙাক শেল্লি। তৌইগুমস্তুং মুংগী ওইবা আইন্না মপাঙ্গল শোম্বরক্লিবা অহুকী মতিক মপাম্মোংগী আইনগী অচুম্বা মিংয়েং নাথৈহল্লি।

৫ মীশিং য়ামথংলকপা, গুকম নোমফম থঙদবনা শেম্বোক লম্বী রাংলকপা, রাজনিতিগী ইথিল্লা কাঙলুপ মশেল উংথংনহল্লকপা শেলগী ময়াইনা লাইনিঙ লীচংপু নমথবকপা, হিরম খুদিংমক্ক মীপাল তাং-লকপা, শেঙ্গাও পায়বা লল্লোম্বশিংনা মনিঙ তৌরকপা, শেঙ্গা থুমজাগী চংনবী ইথিন কনথংলকপা অসিনচিংবা মচাক কয়াগা য়াওনমিম্বরক্লবা থুম্নাই অসি হিংবগী মমি শাম্লকপগুম তৌরে। মসিনা পীরকপা শাক্তু-অমদি চৈথেং কয়াদগী থক্তোক্লকপা রাথোক কয়া আইন্না ঙাক-শেষা রাম্নকে। লোয়ননা শেঙ্গা থুমজাগী মরুম থুপ্তুনা আইনস্তু অতোঙবদ লেপ্লক্লে। লমদম অসিদা আইন লৈতে হায়না মীয়াম্না ঙাওনৈ শোম্নৈ, তৌইগুমস্তুং আইনগী পাঙ্গল শোম্বহনবদা মীয়াম্না শরুক য়াদবদি নত্তে। মসিগী মরমদি থুম্নাই অসিগী রাথল্লোন্দ অচৌবা অশোয়বা লৈবননি হায়বা তাই।

৬ লমদম অসিদা আইনগী মপাঙ্গল য়াম্না শাথীনা শোম্নে, গুক্লে লৈতবগা য়াম্নবে হায়বসিদি থুম্নাই অসিগী মীয়াম্না থঙন-উনরবা, হৌজিক হৌজিকমক ফোং-ফোং শানা ঙাওনরিবা য়াকম্নি। মসিগী মরুওইবা মরম থরদং নৈনবা তারবদি—

১ শেলগী মতিক ময়াই য়াংখৎলকপম শেলতগী থরহৌনা হুংগী আইথু নমথরকপা অসিদগী মপান্থোংগী আইনগী অচুম্বা মিৎয়েং থৈরকপা ।

২ মীয়ামগী মীহুৎ লৈঙাক্লোইনা মশাগী য়াশকপু মীনমহৌনা মীয়াম্না শিন্নখিবা 'শক্তি' লাম্না শিজিন্নরকপা ।

৩ লুচিংবশিংনা মশাগী মতিক-ময়াই অমস্তুং দলগী পাঙ্গল হেঙ্গৎনবা হোনরকপদ আইন মথুত্তা পায়ননবা হোৎনরকপা ।

৪ রাজনিতিগী থুদোংচাবা লৌবা কোম্নবগীদমক আইনগী মপাঙ্গল লৌথোক্লুনা লৈবাক-মীয়াম চয়াংনহল্লি ।

৫ আইন ঙাক-শেল্লিবশিংবু রাজনিতিগী থুৎলায় ওইনা শিজিন্নবা হোৎনরকপা । অসিনচিংবা —

মরম কয়ামুক্তা আইনগী অচুম্বা মিৎয়েং মাথৈহন্দুনা মীওইবা মশেল মাঙহন্নবদা তেংবাংলকই । আইন্না য়াদবশিং, মসিবু ঙাক-শেল্লিবশিংনসু তৌবা আইন্না য়াদে । অদুবু, হৌজিকী ওইরিবা মনিপুর অসিদদি আইন্না য়াদবা কয়া অয়াবা ওইনা চৎনবগী চৎনবী অমা লৈবগুম থন্নরে । মসিনা থুন্নাই অসিবু হুং-পান অনিমক্ত হায়নিংঙাই লৈতনা অন্নাবা পীয়ে ।

৬ মীয়ামগী পুন্সি, লন্থ্রম অমস্তুং নিংতম্ববু ঙাক-শেল্লিবা আইন মতৌ কয়ম্না লমদম অসিদা কনানা শিজিন্নরিবগে অমস্তুং আইনবু কনানা মতৌ কয়ম্না ঙাকশেল্লিবগে হায়বসি মীয়াম্না মমুৎ তানা নৈনফম থোকই । ইশানা ইশাগীদমক শেমজবা আইন্না শিংজং ওইনা ইথোঙদা য়ানশিঞ্জরিবসি মফম - মতমচানা নিংশিঙবা মথৌ তাই । অসি'গুম্বা কয়া অসিদগী ইশাবু কনজনবা সংবিধা'ন্না পীরিবা হক মমল লৈনা মফমচানা শিজিন্নবা তঙাইফদে ।

# পুলিস

আইনবু নিংথিনা ঙাক-শেন্দুনা মপাঙ্গল কল্লক্লগা লৈবাক মীয়াম্না মন্না তপ্না পাম্বা ঙম্নবগীদমক মসিবু ঙাক শেন্নবা "পুলিস" শেমগৎলি। ফজবা থক্নী-খাসি, নোঙ্ক্‌কপা, মিৎ-নাশিংবা, আইনবু মশক খঙনা ইকাইখুম্নবা, কৎথোকপা, চমথোকপা, মথৌ মশক খঙবা অসিনচিংবা মতিক-ময়াই কয়াদা য়ুম্ফম ওইরগা নিংথিনা শেমগৎ-শাগৎলবা ঙাকশেল কাঙলুপ অমনি — পুলিস।

২ মীয়ামগী পুন্সি, লন্থুম অমসুং নিংতম্নবু আইনগা শাগোম্নদুনা ঙাক শেল্লিবা পুলিস, খুন্নাই অসিদদি মীয়ামগা ইনক নক্নদনা থম্নে-উনৈ। লৈবাক মীয়ামগীদমক পুন্সি কৎথোক্তুনা অহিং-মুংথিল নাইদনা থুৎত থুৎলায় পায়দুনা ঙাকশেল্লিবা পুলিসকা অমদি মীয়ামগা নক্নবা মরী লৈনদনা উন-থম্নরিবা অসিমক খুন্নাই অসিগী রাখল্লোনগী অচৌবা অশোয়বা ওইফম থোকই। হৌজিক ওইরিবা মিৎয়েং অসিদা তারিবা মমিদি — মীয়াম্না পুলসপু কিমৈ, অমরোমদা পুলিসনা মীয়ামবু চিংনৈ। পুলিসকী থবক তৌরিবা খুন্নাই অসিগী মীনা খুন্নাই অসিগী মীয়ামগা নক্নবা মরী লৈননা উদবা অসিনদি আইম্না লৈবাক-মীয়ামবু ঙাকপি শেম্নীদ্রে হায়বসিনি।

৩ মশা মরোমদোমতগী ওইবা অপিকপা রাখল্লোন অমসুং ময়াই কারবা শেঙা-থুমজাগী চৎনবীনা আইন, অচুম্বা মিৎয়েংদগী নাথেহন্দুন মসিবু ঙাকশেল্লিবা পুলিসনা মশাগী অচুম্বা মথৌ তৌবদা অপম্বা কয়া পীহল্লি। নাকন অমরোমদ রাজনিতিগী ইথিল্লা মশাগী

মখোই তৌবদা অপথা কন্না পীবা অসিনচিংবগী মরম কয়ানা কংথোক্লবা ঙাকশেল কাঙবু অসিবু মীয়ামদা মোংনা উহল্লি। লোয়ননা তন্দে-মান্দেনরক্‌না মখোইদা থৌশাহুক্‌পা মরেক্লি।



# শেঙ্গা-থুমজা পীরক্লিবা ইথিল

" ... ... শেল অরৌবা অমম্তুং অপীবা অনিমক মরাল লৈ। ..—..." রহৈশিং অসি সরকারগী লোয়শঙ কয়াদা ইহুনা থেংনি কনানা শেল পীরি, কনানা লৌরি ? মরালগীদমক কমানা কনাবু চৈরাক পীরি ? কনানা চৈরাক কংলি ? মাহৈ হায়রবহুনি "নিশা বন্দ" তৌবগুম্বনি।

১ আইন মাংম লাম্না থবক অমা শেল লৌহুনা নত্রগা চিরোন থারোন তৌহুনা অচান-মীরায় নাইনা পাঙথোকপগী মওং অসিবু হায়বা ডাই — "শেঙ্গা থুমজা"। তশেংনমক, থবক অসিমক্তি আইনা য়াদে। তৌইগুম্বসুং আইন্না য়াদবা থবক অসি লৈবাক-থুম্নাই অসিদদি চংনবী অমা ওইনা চংনরি হায়বসিদি থুম্নাই অসিগী মীয়াম্না থঙনৈ-তানৈ। "শেঙ্গা-থুমজা মুংথংসি" মীয়ামগী খোল্লাওনি। অহুবু চংনবী অসিদি মুংথরকপগী মায়োক্ত হেন্না হেনা মপুঙ মরে ফাগংলক্লি। শেঙ্গা-থুমজানা, চিরোন-থারোন্না নত্রগা নমহাহুনা মশাগী থুদোংচাবা লৌবা "ওমজদবা" মীওইবু মী ওইনা থাবদে

থুম্লাই অসিদ। মসিনা তাকই — আইম্না য়াদবা শেঙ্গা-থুমজাগী চৎনবী অরোম্বগী কিজেৎ লৈতেংলগা য়াম্না কোংনা অমম্লুং মনিঙ তম্না থুম্লাই অসিগী কাচিন-কোয়া থুংনবা কোয়না চৎলি।

৩ অরেম্বদা মতম অমদি শেল মাঙহল্ব', শুফম-নোমফম ময়াঙ কায়দবা, শু-নোম্বগী হৈনবী ম্রাংলকপা, থবক অমদি শিনফমদ অচোপ অরেম্ব নাইবা, অরাবা শরুক য়ানিংদবা অসিনচিংবা মরম কয়ামুক্লা থুম্লাই অসিগী ইমুঙ-মনুঙগী শেম্থুম অমদি হিংবগী ফিভম কংচিল্লকবা পীরকপগা লোয়ননা শুদ-নোমদনা হিংবগী ম্রখল্লোনগা ঈরোয়ননা অফ-ফত্ত থল্লদনা অফং অফংবা পায়শিম্বা অমদি অরেম অপা পাম্ম থিনরকপগী চৎনবী অমা পোকহল্লক্লে। অসিগুম্বা চৎনবী অমম্লুং ম্রাখল্লোন অসিগী মথাদা মশাগী তৌফম থোকপা মথৌ পাঙথোকচবা কাওবদা অহেম্বা নামৎ তাম্নরক্লে। অপিক-অপিকপা ঈচেল কয়ানা ঈতিল্লরগা অচৌবা ঈচেল ওইরকপগুম, পীক্রবা নাম্নৎকী চৎনবী কয়ানা পুনশিন্দুনা অচৌবা শেঙ্গা-থুমজাগী চনবী ওইহল্লে।

৪ অরাং-অপা কয়া মায়োক্লরিব, লৈত-লাইরশিংনা থুংল্লিংবা থুম্লাই অমনা রাথোক-লাম্থোক কয়া শাগোম্লব হায়রবসিদি মহৌ-শানি। অসিগুম্বা থুম্লাই অমদা অপুম্বগী লিংজেল লৈফম থোক্লে, লৈরম্লবদি অসিগুম্বা শেঙ্গা-থুমজাগী লায়নানা নারম্লোই মফম অমদি মতম অহুমক্লি শেঙ্গাও পায়ম্বা লল্লোম্বা অমদি শেঙ্গাও পায়বা লুচিংবশিং অমদি মখেয়গী খোঙলোয়শিংনা মনিং তৌনা শেম্দোং তাঙ্গবা, লোয়ননা হেম্না হেম্না লৈবাক-মীয়াম্ চরাঙনহন্দুনা শেঙ্গা থুমজাগী ঈপাক্ত মীয়াম্ ঈরোক্লহম্বা। থৌদোক-রাথোক কয়াগী "বন্দ" কয়ানা নোংমগী শুরগা চম্না তমজবা লাইরবশিং

হেন্না লাইরিক তানশিংদ নত্তনা চাবা ফংলক্তে। অমরোমদনা, শেঙ্গাও পায়বশিং অমদি খোঙলোয়শিংনা হেন্না থুদোংচাবা লৌনবগী তঙ্গা ফংই। অস্রুম পীরকপা শাফু কয়ানা হিংনবগীদমক শেঙ্গা-থুমজা হায়বসি তৌদবা ইয়া য়াদবা মচাক অমা নমত্তুনা ওইহল্লে। শেঙ্গা-থুমজানা অচুম্বা মিৎয়েংদগী নাথৈহল্লবা আইনম মসিগী মীচঙদ লেপ্লে।

৫ মশা মশাগী হিংননবত্ত হোৎনজবদ মায়-লৈখোকপা ঙমজদ্রবা লাইরবা মীয়াম, শেঙ্গা-থুমজাগী ঈপাক লান্না পাগদৌবা লুপাগী খোং শাঙমদবদগী লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈরবা মীওই কয়া কাংখথাং ওইহুদা নিঙবা কায়না ময়াই কাবা পোৎ কয়াগা য়াওনথ মিন্নত্নুনা লৈরি। পিকপ্রবা লুপা চৎপীদগীনা অকক্লবা লৈতবা শেঙ্গা-থুমজাগী চৎনবী অসিনা অক-ফত্তগী অমদি অচুম-অয়ানগী অশেংবা মশক মাঙহল্লে। অমরোমদ, মহৈরোয়শিংনা খঙ-হৈনবা হোৎনবগী মহুত্ত নত্তবা পাম্বৈন, নমফুনা নত্রগা শেঙ্গা-থুমজানা দিপ্লোমা পায়নবা হোৎনরক্লে। হৌজিক হৌজিক য়ং-য়ং লাউনা চৎনরিবা চৎনবী অসিনা তাকপি-তম্বিরিবা ওজাশিং অমদি মহৈরোয়শিং অনিগী মরক্তা য়াথোক কয়া থোকহন্বত নত্তনা থুম্নাই অসিগী মহৈরোয়শিংগী খঙ-হৈবগী থাক হন্থহল্লে।

৬ শেঙ্গা-থুমজাগী চৈথেংনা লাইরবা মীয়াম অসুকী মতিক শাথীনা লুং-পান অনিমক্তা রাহন্বত নত্তনা থুম্নাই অসি নোংম নোংমগী লৈখা তাহল্লকবগী মচাক কয়া পীরে হায়বসি খঙনা, খঙনা, উনা উনা অথঙ খঙদ হুগী ঈপাক অসিদ হেক্ত লুপমিন্নৈ। মীয়াম্না ইফোং ফোংনা খঙনম্নবা- অমা পল্লবদ — ভোট পীবগী

হক কংলবা মী অমনা ইচম চম্না নোংমগী নামৎ ওইনা লুপা য়াথৈ। চাপ্পা লৌরগা মীয়েপ অমদ মশাগী হক শিন্নৈ। মীয়েপ অমনা মীথলদ মায় পাকপা ওয়বগীদমক অপিকপা লেনকম অসিগুম্বা লিশিং কয়া চাদিং তৌবা তাই। অতৈ-অতৈ চাদিং তৌখিবগা পুন্না লুপা লাক্ক [illegible] তাদনা চাদিং তৌহুনা মায় পাক্লকবা মীয়ামগী মীহুৎ [illegible] করি তৌরককম থোকপগে হায়বসি মীয়াম্ন খন্থকম থোকই। চৎনবী অসিনা, মীয়মগী রাখল চেঙবা, ফনা ফবা মী ওইহনস্থু লুপা লাক্ক কয়া মীথলদ চাদিং তৌবা ওমদবা মীওই কনানা মীয়েপ ওইবদা মতিক চায় হায়না লৌনদে। লাইরবা ইশানা ইশাবু হন্থনা য়েংজবগী চৎনবী অমা থুম্নাই অসিগী রাখল্লোন্দ ইরোয়-লোয়নবগুম তৌরি। মীয়াম্না মশাগীদমক 'য়াইফ-থৌরাং কয়া পায়থংচনবা মশাগী সরকার শেমজনবা' ফংলিব মশাগী হক অহুগীদমক মশাগী মথৌ পাঙথোকচবদা নাম্নৎ তানফম থোকই নত্রগা থোক্কে হায়বসি মীপুম তিংনা খঙফম থোকই। খঙ-হৈরবা রাজনিতিগী খোঙলোয়শিংনস্থু মীওইববু লল্লোম্বগী পোয়ম অসিনা লাইরবা নৈবাক-থুম্নাই অসিদ করি শাফু অমদি চৈথেং লাকগে হায়বসি খন্থবা তঙাই ফদে।

৭ থেংনহুনা মীয়াম্না খঙলে ফন লাউ খোংহুনস্থু শেঙা-থুমজা অমদি মসিনা পীরকপা শাফু অমস্থুং চৈথেং কয়াগী চাং হন্থরকপগী মহুৎত অহোইন্দুম হেক্ষংলকই। মসিনা তাকই থুম্নাই অসিগী রাখল্লোনগী অশোয়বা কয়াসি অস্থুম অস্থুম চাওথোক্লকই। মসিমস্থু উনহিবনি থুম্নাই অসিগী লাইরবা মীয়াম নৈহৌমিদা 'তাম্নবা অয়েঙ অয়েঙ পুৎথরবা লমওক্লা শাদাবগী হয়াও চৈহু থাঙবগা

পাংথক ওইরে। ইমুঙ-মমুঙগী লৈত-লাইরক্তী চৈনা, রাথোক-লানথোক কয়াগী চৈথেং, পীক্রবা খুৎশুমন, চঙদবা য়াদবা পোৎ-চৈগী আরাংবা মমল অসিনচিংবা কয়া মায়োক্নরিবৈ মচা-মশুগী হিংনবগী লম্বীদা শাগদোম্বিবা শেলগী থোং, খল্লুবদ পুঙমদবা, রাখলগী লায়না ওইহল্লে। খুৎশুমনগী অকক্লবা লৈতবা, লেম্বোক লম্বী রাংপা খুঙংগী লমদা লাইরবশিং কয়া শুনা শুনা চরা শিংলক্লে। লাইরব-শিংগী ফিভম শোকচিলক্লিবা অহুক্কী মতিক ইনাকখুম্বশিংগী ফিভম ফগৎহল্লি। হিংনবগী লানকম মায়োক্নবা শুম্ববগীদমক অফং-অকংবা শু নোম্লিবা লাইরবশিং অহোঙবা মমলদা শিঞ্জিন্নবা য়াই, হায়বগী মাখল্লোন অসিনা খুন্নাই অসি অনেম-অরাং মী কাঙলুপ অমি থোকহন্নবগী মচাক শীরক্লে। লমদম অসিদ চৎনরিবা মহৈ-মশিং তম্বগী থৌশিন অসিনা মহৈরোয়শিংগী মরক্ত অনেম-অয়াং নাইহল্লকপা অসিনা অমুকন্থ হেন্না মচাক অসিবু মপুঙ ফাহন্নবা মরম অমা ওইরে। "নোম নোম শগাই তোং চানবা লৈতে চৈথেং থাঙ", অহল লমম্না থম্বীরম্বা পাওয়ো অসিমক অম্নুম্না য়েংবা য়াই। মহুদি—লুং-পান অনিমক্ত পীরক্লিবা থাঙমদবা চৈনা কয়াসি থাঙবা তম্বগী মতম অহু লোইরকপা মতম অহুদা কাঙলুপ অনিগী মরক্ত থোক্ল-গদবা 'নাকপাক লান' অহনা খুন্নাই অসিবু কৰি ওইহল্লকদগে হায়বহু খুন্নাই অসিগী মীয়াম্না মমুত তানা খন্থনফম থোকই।

—□—

# মীয়ামগী পুন্সি মহিং

খুম্নাই অসিগী মীয়ামগী পুন্সি, হিংবগী মহাও খঙদনা শিজিন্নবগী হিংলি হায়রক্লনি। ভারতকী লৈঙাক পথাপকী মথাদা মসাগী সরকার শেমজনবগী হক ফংলি হায়বগী নিং তম্লি হায়বসি মতুংদা মীওইবমা হিংবগা মরী লৈনবা পুম্নমক্কি নিংতম্বগী ওনথোকপনি। মীয়াম্না হেন্না থংনরবা রাকঈ্ম — অহিন্না তাকপিশেঙনবা খুম্নাই অসিগী হিংনবগী লম্বী কদোমদনো হায়বসি। হিয়ম অমা হৈক পল্লুবদা মসিমদি কৈ হায়মিঙাই অমত্তা লৈতে হায়বা য়াই। অকপনা অশোৎবু তুহংপিবা, তোবা ওয়না ওমদবু ইহনা য়েংবীবা, ইনাক খুৎনা লাইয়বশিংবু মীনাইওম শিজিন্নরকপা খুৎলায় পাইবনা পাম্নদব মীচমশিংবু শান্নপোৎকুম উৎরকপা অনিংচিংবা য়াথিল্লোন কয়ানা চৈনা পাবিবা, অহিন্না খোঙজাওমরিবা খুম্নাই অসিগী মীয়াম মঙঙম্না হিংলি। নোংমত্ত কান্দবা মীশী চীমগী, মাঙখিবগী, নিপীগী ইকাই খুম্নবা মংতহম্বীবগী, তাকশেল কাংবুনা ফুবী চৈম্বীবা অমদি ওৎপী-নৈবীবগী থোদোক য়াথোক কয়াগা য়াওমিন্নম্নিবা খুম্নাই অসিগী মীয়ামগী পুন্সিনি।

২ চৌঙগী লমদা কাঙলুপকী ঈয়াম্না মরম উৎলুনা মশিঙ খঙদনা, মিপী অঙাং থায়দনা পুন্সি মাঙহন্নত্ত নত্তনা থুল তুম্না য়ুম হৈম থাদোরক্লনা মীওই লিশিং কয়া লৈফম-চাফম থঙহল্লে। লৌউশিংউবগী অমস্তুং ত-নোম্বগী থবক্ত অপম্বা ওইহনদগী শেন-থুমগী ফিভম শোকচিল্ললে। অমরোমদস্তু, তাকশেল কাঙবুগী মীওং

মীনৈগী চৈনানা মীয়ামগী পুন্সি তংচু-লৈতাকম খণ্ডনদ্রে। মহে-মশিং তম্বা অমসুং চাউখৎ থোৱাংগী থবক কয়াদা অপন্না ওইহল্লে। চঙদবা য়াদবা পোৎ-চৈ পুথোক-পুশিন তৌরিবা চীঙশাং ফাওহুনা চংশিবা লম্বীদ অপম্বা কয়া খোল্লকপদগী চীঙ-তম অনিমক্তা অচৌবা অরাবগী শাক্তু পীরম্রে। অসিগুম্বা তাঞ্জাদা খুদোংচাবা লৌবা শেঞ্জাও পায়বা লল্লে মশিং কয়ানা ওইজ থিবদ লাইরবশিং বা য়েন্না ফিভম শোকচিহল্লে।

৩ লমদম অসিগী মীয়াম্না মায়োক্লরিবা হিংনবগী লানকম, মসিগী মথক্তা, লালহৌবগী ঈরাং লৈরে হায়দুনা চৎমহল্লিবা আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাৱার এক্ট' অসিগী মথাদা ভাকশেল কাওবুনা মরম্নাইগী ওইবা অপাম্বগী খুদোংচাবা লৌবা অসিনা থুম্নাই অসিদ থাওবা ওমদবা চৈনা অমদি চৈথেং মুং পান অনিমক্ত পীরি। মরাল লৈবা লৈতবা খিদনা ফুনিঙবা ফুবা, হাৎনিঙবা হাৎপা আইন রাংমা লাম্না ফাদিঙবা ফাবা, নিপী কয়াগী ইকাই খুমবা মাঙহনবা অসিনচিংবা থবক কয়না বৃটিশ সরকারগী মথাঙ্গা ভারতবাসিশিংনা নংথিবা চৈথেং অতুদগী তাদনা থুম্নাই অসিগী মীয়াম্না মায়োক্লরি। অসিগুম্বা, তমখিরবা এক্ট অসি লৌথোক্তুনা গনতন্ত্রগী নিংতম্বা অতুগী মথাদা তং তাবা পুন্সি মরেল অমা ওইন হিংবা অহুনি মীয়ামগী অপাম্বা

৪ মীয়াম্না তানৈ খঙনৈ — ভারতকী অপুবা শক্তম ফাম্ভুন্দনা থম্না ওমবগীদমক মথল মথাগী মমিং থোম এক্ট কয়া লাল্হৌবগী ঈরাং লৈবা ভারতকী স্তেত কয়াদা চৎমহল্লি। মমামচুগী মমুঙদা অরাং-নোংপোক ভারতকী ষ্টেতশিংদা লৈরিবা লালহৌবগী ঈরাং মমথনবগীদমক "আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পাৱার এক্ট ১৯৫৮" অসি

চংনহল্লি। এক্ট অসি মনিপুরদ চংনহনখিবগী মরমদ মিংয়েং থম্বা তারবদি অস্নুম্না য়েংবা য়াই —

১ ভারতকী শুমখৈ শাকপা ষ্টেত অমা ওইনা য়ুমথংনবা মপানগী লৈবাক্কা লায়না ইথিন চঙবা য়াবা মফম অমা ওইবা।

২ মনিপুরনা ভারত্ত তিনখিবগী মওং অমদি ভারত সরকারনা লমদম অসিদ থম্লক্লিবা মিংয়েং অসিনচিংবা কয়াদ লমদম অসিগী মীয়ামগী পেন্দবগী ঈহৌ লাকপা য়াই হায়বগী চিংননিঙাই ওইবা।

৩ লমদম অসিগী চীঙ অমসুং তম অনিমক্ত নিংতম্বগী ঈহৌ ইরোয় লোয়নচুনা লৈরকপা।

৪ অসিনচিংবা মরম কয়ামুক্তগী ভারতকী শাকশেল থৌরাংগী মথাদা থুমাঙ য়াম্বা চেকশিন থৌরাং অমা ওইনা এক্ট অসি "অতুম্বা মৈগী চীঙ" অমগুম থমখিবনি হায়বা তাই।

৫ মনিপুরনা ভারত্তা তিনপিবগা ইরোয়ননা চীঙগী লমদা লাল-হৌবগী ঈরাং লাকপদগী এক্ট অসিগী মথাদা ভারতকী শাকশেল লাম্নীনা চীঙগী লমদা মীহাৎ-মীপুন, মরাল লৈথা লৈতবা খিদনা ওৎ-নৈবা, য়ুম কয়া মৈ থাদোকপা, নিপী কয়াগী ইকায় থুম্বা মাঙহন্বীমত নত্তনা পুন্সি মাঙহনখিবা অসিনচিংবা রাথোক কয়া লৈপ্রে। এক্ট অসিগী চৈথেং অমদি চৈনা তম্পাকী লমদদি হকথেংনরমদে। অছুবু তমদপু লালহৌবগী ঈরাং লাকপদগীদি এক্ট অসিগী চৈথেং অমদি চৈনা মপুঙ ফানা ফুদোক্লরে। মসিদগী মীয়াম্না খঙবা ঙমে — লালহৌবগী ঈরাঙ লৈরিবমখৈ এক্ট অসি লৌথোকপা মত্রগা কোম-থোকপা থাজবা রায়।

৬ থম্লনিঙাই ওইরিবা রাফমদি — এক্ট অসিগী মথাদা শাকশেল

অকঙবুন মীয়ামশু ওং-নৈবনা অমদি মরাল নৈবা নৈতবা মহারোল কয়াবু মীহাৎ মীপুন তৌবনা লমদম অসিদ নৈরিবা লালহৌবগী ঈরাং অসি লোইশিন্ন ওমগত্রা হায়বসিনি। থুম্নাই অসিগী মীয়ামশু শুংৎতুনা লালহৌবগী থবক পায়থংপা ওইহল্লবা হায়বসিদি মতম খর নমথত্নুনা থম্বগী রাজনি, তশেংনা ঈরাং অসি লোইশিন্নগী রাকমদি নত্তে। ঈরাং অসি লোইশিন্নবগীদমক থুম্নাই অসিবু পুম্নাও মাওহন্বা হায়বসিমু "অহিংসা" দা যুক্ষম ওইবা গনতন্ত্র চৎপা ভারতকীদি য়াম্না রিচৎ থিনিঙাই ওইবা রাথোক ওইগনি। মীয়ামশু ওং-নৈবনা লালহৌবগী ঈরাং নমৎহন্বগী মহুৎত হেন্না থোয়শাওনহল্লুনা ঈরাং হেন্সংলকপগী মচাক ওইরকপা হায়বসিমু ভারতকী ইতিহাসনা মথেক লানা উত্তনা থনম্লবনি।

৭ মরম কয়ামুক অসি য়েংলগা অমদি কুপ্না থিজিন্লগা কেন্দ্র সরকার অমসুং হকথেংনবা রাজ্য সরকারনা মশাগী নাগরিকশিংবু তং-তাবা পুন্সি মরেল ওইহন্নবগীদমক অচৌবা "মীরুপশিগী মিৎয়েং থমদুনা ইঙনা-তপ্না য়ৈথায়-থিনগায় য়াওদনা রাজ্রি শানহল্লা। ঈরাং অসি লোইশিন্নবা হোৎনবনা নাকন পুম্নমকী অকবা লম্বী ওইকম থোকই "লালহৌবশিংনা সরকারগা র'রি শাননবা থোঙ লাউনা হাংহনা থম্নি," কনায়দা মতৌ করম্না পাল্লিবা থোঙলো হায়বসি, মীয়ামদ নিংথিনা থঙহল্লবদি "লালহৌবগী ঈরাং নমথবদ মীয়াম্না তোংবাংবীমু" হায়বগী ক্লাবা মহৈ ফংবা ওয়্রোই। মরমদি মতৌ করম্না অমদি করি মতেং পাংগদগে হায়বহু মীয়াম্না থঙনদে। মরম অসিনা, সরকার অমদি মীয়াম অনিগী মরক্তা নকম্না, অকবা মরী থম্নবা হোৎনবা হায়বসি সরকারগী তঙইকদনা তৌকম

খোকপা মথৌনি। অমরোমদ রাথোক-লাম্বে্ক কয়া মায়োক্লরিবা মীয়াম্না পুন্নমক্তু মায়োক্লবা ওম্না সরকার অমা ওইহন্না হায়বসিন্নু মীয়ামগী হক্নি ।



# হরাও কুম্মৈ – মসিগী চৈথেং

১ থরায় পাবশিং পুন্নমক পোৎথাবা হায়বসি মথৌ তাই। মসিগী মথক্ত চেন-চোংবা ওমশিংনা চেন-চোংহন্না শান্নে। তৌইগুম্নসুং মীওইবদি পোৎথাবা অমদি চেন-চোংহন্না শান্নবা অসিতনা পেহলবাঁ ওমদে। য়েংবা, তাবা, অমগা অমগা অরা-মুঙাই কোংদোক্লবা অসিনচিংবা পুক্নিঙদা পীবা অরা-মুঙাইগী ইথিল্না থবক অমনা চোকথহল্লবা মীওইববু নোংহোনা পুক্নিঙ অমদি হকচাংবু তেকথৎহল্লি। মরম অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা হরাও কুম্মৈ মথল কয়া মথৌ তাই। অহুবু, চামল্লবদি খোইহিন্নু হুগা পাংথক ওইঃ মুঙাইথোকম-ল্লবদি অরাবনা পোল্লোই ওই হায়নবগুম, অমুক মথৌ তাপ্রবা হরাও-কুম্মৈবা মালেমগী মতিক লৈরবা নিংথৌরেল কয়া থম-থোংনা লৈথা তাহনখিদবসু নত্তে।

২ মনিপুর হিন্দু, খৃষ্টান, ইসলাম, মীতৈ/মৈতৈ অসিনচিংবা লাইনিঙ লিচৎ (ধর্ম্ম) কয়াগা শাগোন্নরিবা পিক্লবা ষ্টেত অমনি।

লাইনিঙ লীচংশিং অসিগী মখাদা মাগী মাগী লাইনিঙগা মরী লৈনবা থৌরম কয়া পাঙথোক্লে। খৃষ্টান অমসুং ইসলাম অনি অসিগীদি থৌরম মশিঙ কয়া য়ামদে। মীতৈ মৈতৈশিংগীদি য়াশিন্নবা ওইনা থৌরমশিং অমুকী মতিক য়ামগ্রে চহিচুপ্পা থা কাংদনা পাংথোকই।

য়াওশং (হোলি), কাং (রথ যাত্রা), পাম্থোইবী ইরাৎ (দুর্গা পুজা), চৈরাওবা (চরক পুজা), নিঙোল চাকৌবা (ভগনি ভুজন), স্নান যাত্রা, জলকেলি, ঝুলোন, জন্ম কয়, তর্পন, যমগীতা, দিপাবালি, গভর্ধন পুজা, বিশ্বকর্ম্ম পুজা, শিবরাত্রি, সরস্বতি পুজা অসিনচিংবা থৌরম কয়া ধর্ম্মগী মিংদা চহিচুপ্পা থা কাংদনা পাঙথোক্লিবা থৌরমশিংনি। চুম্নতগী লাইগী থৌরম অমা ওইনা পাঙথোকপা নত্তে। শেম্থোক লম্বী লৈতবা লাইরম্বা। খুন্নাই অসিনা লুপা কোত্তি কয়া কয়া চাদিং তৌদুনা পাঙথোক্লিবনি। অসিদা নত্তনা লম্নাইগী ওইবা লান্না - থৌরম (শ্রাদ্ধ) অমসুং লুহোংবা (বিবাহ) নচিংবা থৌরমশিং পাঙথোকপা কাওবদ কুম্মৈ অমগুম লৌনরুনা মপুঙ ফাহন্নবা হোৎনবদ লুপা লিশিং লিশিং চাদিং তৌনরক্লে। নৌহৌননা খুন্নাই অসিদা চেনশিল্লকপা মিৎ-পেন্না অউনপোৎকী চৎনবীদ কুম্মৈ অমগুম রেংনরকপা অমসুং রারিনরকপা অসিনা লাইরবা খুন্নাই অসি শ্বর ফুগৎহল্লি। লোয়ননা নিপী কয়াগী পুন্সি মাঙহন্নবগী মচাক পীরয়ে। ধর্ম্মগী মিংদা পাঙথোকপা হয়াও-কুম্মৈ কয়ানা খুন্নাই অসিগী লৈতেং ওইনা অর-পোৎথ:নবগী চৎনবী অসিনা খুন্নাই অসিবু য়োংহল্লিং চলহল্লে।

৩ মীওইবা কাঙলুপশিংনা তাইবং মপুবু তোঙান তোঙান্না

মিংথোল পীদুনা ইরাৎ-থৌনি, নিংশিঙ থৌরমচিংবা থৌরম পাঙ-থোক্তুনা লাৎনৈ-মিঙনৈ। মহাকপু খনজবনা মীওইবগী রাথক্লোম অচুম্বা লম্বীঙ চৎপা ঙমহল্লি। মসিনা মীওইবা মশেল মরা-তপ্পা হিংমিন্নবা ঙমবগী শেম্লিবা চৎন-পথাপ কয়াগী মপাঙ্গল হাপ্পী। ময়ম অসিনা মহাক্পু মতম থুদিংদা নিংশিঙদুনা মীওইবা মশানা মশাবু ঙাকচ-শেঙবা ঙমবগীদমক লাইনিঙ লীচৎ (ধর্ম) থম্মে। মশিং মাহ্নদবা অমদি লীচৎত থরগী মথৈ থেম্নবা লৈরবস্থু পীগদবা মহৈদি চপ মাম্মে। মীওইবা মশেল চাম্ন-চিম্নন। অমস্থূং হুংশিননা অরা-হুংঙাই শরুক য়ামিন্নদুনা হিংমিন্নবা হায়বসি ধর্মগী মিংয়েংনি। ধর্ম অমনা অমবু হুম্বুনা য়েংবা অমদি নমথনবা হোৎনবগী চৎনবী লৈরম্নবস্থু ঙসিদি গনতন্ত্রগী মথাদা ধর্ম অমনা অমবু ইকাই থুম্নরে। মীওইববু পুক্নিঙ লৈঙ্কানা লৈহন্নবগীদমক ঙাকশেল্লিবা ধর্ম, থুম্নাই অসিদদি কা হেন্না হরাও-কুম্মেন। লৈসি-লৈথোক্কগী চৎনবী লৈরকপদগী ওন্ন-কৈমদা মক্নু পীরক্রে।

৪ মীতৈ/মৈতৈ থুম্নাই, ইয়ান-য়ানশিন্নবা ধর্মগী মিংদা পাঙ-থোকপা থৌরম মশিঙ য়াম্না য়ামই। খা কাংদনা পাঙথোক্লিবা হরাও-কুম্মেশিংগী মন্নুংদা খ্বাইদগী হেন্না চাদিং তৌহবা অমস্তূং পুক্নিঙদা হুংঙাইবগী ইথিন পীস্নিবশিংদি — য়াওশঙ (হোলি), কাং (রথ যাত্রা) পাম্থোইবী ইরাৎ (দুর্গা পূজা), নিঙোল চাকৌবা (ভর্গনি ভোজন), অসিনচিংবনি। ইমুঙ-মন্নুঙগী লৈত-লাইরোক কোক্নবগী রাফম নত্তুনা অসিগুম্বা থৌরমশিং অসিগীদমক অপা-মনা শেল ত্তাক্নগী চৎনবী থুম্নাই অসিদ লৈ। লোয়ননা থৌরমশিং অসিদা লুপা কোটি কয়া কয়া চাদিং তৌহল্লি।

৬ মীওইবগী হুংশিনবগী ঈচেল শীবা লুরবা থৌরম অসি ইথঙ থঙহৌদনা ঈথক ঈশাংগী ঈচন্দা তাউবা, ওমথৈ নাইদবা "খুদোল পোংক" তম্বগী চংনবী অমা চেনশিল্লগা চম্নোংনহল্লক্রবগী মচাক পীরে। শেন-থুংগী ফিভম চাদবা, লাইরবা ইমুঙ কয়াদি খুদোল পোংকী থল্লবদা থৌরম অসি শরুক য়াবা ওল্লক্রবগী ফিভম অমা লাক্লে। মম-মপা অমদি মবুং মৌপুংগী হৈতে-লাইর থঙবা নিঙোল কয়া থৌরম অসি যাওনিংদবা ফাওবক্লে। মীওইবনা মীওইবা মশাগীদমক পোকপা। চংনবীনা মশাগী অমাঙ-অতা ওইর-ক্লবদি চংনবীতুমক হেক্তোক্কী থেংজিন তৌবা তঙাই ফদে। মরম অসিনা, লাইরবা খুন্নাই অসিদা লুপা কোটি কয়া কয়া চাদিং তৌরিবা খুদোল পোংকী চংনবী অসি খুন্নাই অসিগী নিঙোল ওইবা শিংনা লৌথোক্কুনা লমদম অসিগী অমত্ত ঙায়রবা "হুংশি লীপুন ওইরিবা থৌরম অসি লুনা-নাম্না থম্নবা ঙাক-শেন্বা তঙাই ফদে।

৭ নাকল অময়োমদা, চরাঙ-কুম্মেশিং অমদি থৌদোক-হাংথোক কয়াগী খুদোংচাবা লৌহুনা মপান্দগী লাকপা লংল্লাম্বা কয়া অমদি খুন্নাই অসিগী মীওই-খোঙলোয় কয়ানা হাকংপ য়াংতাম্বা হৈনজ্রবা খুন্নাই অসিদগী লুপা কোটি কয়া কয়া মনিঙ তৌনা তাল্লি। পাঙথোকমল্লহনা "বন্দ" কাওবা কুম্মে ওইনা লৌনরক্তুনা মসিগী খুদোংচাবা লৌহুনা শেন্দাল লম্বী অমা ওইনা 'বন্দ' কৌবা ঙাইনবা লল্লোম্বা কয়া য়াওরক্লে। করিগুম্বা, লৈবাক মীয়ামগী ওইবা অরা মায়োক্নবা থবক অমা হেক লাকপদা মতুগী ওন্ন-তৈনবদ খুদোং-চাবা লৌবগী চংনবী অমা খুন্নাই অসিদ ইরোয়-লোয়নবগুম তৌরক্লিবসি খুন্নাই অসিগী রাথল্লোনগী অচৌবা অহোবা অমনি।

মসিনা থুন্নাই অসিগী ইকাই খুম্নবা ঙাকপদ অরাবা অমা ওইহল্লি।

৮ ধর্মগী মিংদা পাঙথোকপা হয়াও কুম্মৈ কয়াগী থৌরম মপুঙ ফাহন্নবগীদমক চিংলা ফলা। ঈশৈ-নোংমাইমচিংবা কয়া পাঙথোক্লে। হয়াও-কুম্মৈদনা থল্লবা থুন্নাই অসি অরেম্বদা শেল মাঙহন্বগী হৈনবী লৈহন্বত শত্রুনা মতম লেপ্তোকপগী হৈনবী অমম্ম লৈহল্লে। অসিগুম্বা হৈনবী কয়ানা চংনবী ওইহন্দুনা মথৌদা থৌশারক্লবা অমম্মুং শেলগী মতিক-ময়াই তেঙ্গংলক্লবা মতম অসিদা শুদ-নোমদনা মুংঙাইনা হিংবগী হৈনবী অনা মীরে হল্লে। হয়াও-কুম্মৈদা অমম্মুং ময়াই কাবা পোৎ শিজিন্নবদ মতম অমদি শেল মাঙহন্বগী থাক য়াংখৎল্লমপা অমরোমদা, শু নোম্বগী চাং হুম্থরকপা অসিনচিংবা ময়ম কয়াদগী ইমুঙ-মনুঙগী শেন থুমগী ফিভম শোকচিলহল্লে। অরাবা শরুক য়াবা তৌরুদনা মুংঙাইবা শরুক থক লুমদুনা লৈবগী হৈনবী অমম্মু থুন্নাই অসিদা ময়েক শেংনা মমি তারবে। লোয়ননা, ব থোক-লান্থোক কয়া থোক্লবগী মচাক পীরবে। শেঙ্গ-থুমজা অমম্মুং চিথোন খারোন তৌবগী অচৌবা মচাক ওইংল্লকপগ লেয়ননা অমোৎপা থুন্নাই অমা ওইহল্লকুনা চরোন শুরে ম্বু লৈথ তানা মাঙহন্নবগী মচাক পীংরে।

৯ হেন্না মকওইনা মহৈরোয়শিংদা থুন্নাই অসিগী চংনবী অমদি হৈনবী কয়া অসিনা চুশিন্দুনা মথৌদা অমম্মুং মহৈ-মশিং তম্বদা পুক্নিং চঙবা য়াংলকপা, ময়াইকাবশিং শিজিন্নদুনা মতম লেপ্তোকপা লমচং-শাজং মাঙথন্নকপা, থক্রী থাসি য়াংলকপা, নম-হাদুনা পরিক্ষা ঙম্নবা হোৎনকপা, য়াথোক লান্থোক চেম্নবা থবক কয়া তৌশিল্লকপা অসিনচিংবা কয়াগী ইথিন পীরকই। শেল-থুমগী থিভম

কংলক্কবনা মহৈয়োয় কয়াদা [illegible] শিং তম্‌দা নিঙবা থুংলজনা খোয়্‌গশাঙনরকপদগী নত্তবা থবক কয়া তৌরকই। অম্ম্বা, মীরোল কয়া শেংময়োকপা রাবুগদবা হৈরবী কয়া চৎনরকপা অসি থুমাই অসিগী চায়োল-মায়োনগী লাইবক থীবনি।

অরাংপতন লৈতেং ওইরক্রবা থুমাই অসি হিরম থুদিংমক্কী খুৎথাদা তাংবগী হৈনবী, লৈরকপা হায়বসিদি মরমনি। মশা মশাগী হিংনবত্ত হোৎনরকপা অথুবা মিৎয়েংদা মতৌ কয়া থুমাইগী অপুম্বা শকুম তাকদগে অমম্লুং মতৌ কয়া ঙরাতপ্পা হিংমিন্নগদগে? ঙসি লমদম অসিদা ওইরক্লিবা ফিভম মতৌকয়া ওইরক্লিবনো হায়বসি থুমাই, অসিমা মমুঙ তানা নৈনফম থোকই। মপাল্লোংগী ইরাঙ থুমাইবুগী কুয়োম্মা মুংদা পীরক্রবা চৈথেং থুমাই অসিনা চেকশিনহৌদবা অসিমক চায়োন-শুয়োনগী অচৌবা লাইবক থীবনি।

—□—

# মহৈ মশিং তম্বগী থৌশিল

১ অথওবদা অরু অল্লায় চপ্ মাদৈ, থওদবদা অরাম্বা থক্ লৈতে। মরম অসিদগী মীওইবনা থওদবা, কয়া, লাম্বনা, থওবা, ওম্বা, রাথল অহৌদি লৌশিং মপুং ফাবা ওম্বগীদমক মহৈ-মশিং তমে। ওল্লিঙৈ চহি চা কয়াগী মমাংদদি অথও-অহৈশিংগী মফমদা চত্তুনা মপাংবশিংনা লম্বাই ওইনা মহৈ তম্মম্লবসু, ওসিদি হিরম কয়ামুক্ত মমুং তানা নৈনত্তুনা পাকশনা থিজিনবা, উশিংবা, তাশিংবা অমসুং থওজিবা হায়বসিনা মীওইবগী থাক রাংনা চাউথোকপগী শরুক অমা ওইরুবনা মহৈ-মশিং তম্বা হায়বসি তঙাইফদবা শিনফম অমা ওইরে। মালেমগী চাওথোকলক্লিবা লৈবাকশিংগী মনুংদা অমা ওইনা ভারতসু মথক মথা হিরমগী তমফম কয়া লিংথত্তুনা মহৈ-মশিং তম্বগী থৌশিল-থোরাং কয়া পায়খৎলক্লি।

২ ভারতকী শরুক মচেং অমা ওইনা মনিপুরসু থৌশিল-থোরাং অসিগী মথাদা শিন্দমশঙ কয়া লিংথত্তুনা মহৈ-মশিং তম্বগী থোরাং চংথরক্লি। করম্বা পান্দমগী ফদায় কাওবগী থাক যৌনা, থৌশিল-থোরাং অসি পায়থৎলক্লিরগে হায়বত্তুদি মরী লৈনবা লোয়নশঙ্গ অমসুং খুন্নাই অসিগী মীয়াম্না থওনৈ-টৈনে। অনেম্বা অমসুং অরাম্বা থাক অনিথোক্না থায়দোক্তুনা থৌশিল চংথরি। হেন্না মরু ওইরিবা, অহেন্না থাকী মহৈ শিক্তম অসিদা মীংশেং থবা, তাবরদি অমুম্মা, মেংমা মাইং মত্তুদি অহাংবদা সরকারগী ওইবা মহৈ তমফম অমসুং অতিম্লবস্ু, লমাইগী ওইবা মহৈ তমফম অসিনি।

১ সরকারগী থৌশিল মখাদা হিংলিবা অনেম্বা থাক্কী মতৈ তমকয় থাক মরী থোক্লা লৈ। মহুদি (১) লরার প্রাইমারি স্কুল (২) জুনিয়র বেশিক স্কুল, (৩) জুনিয়র হায় স্কুল অমস্তুং (৪) হাই / হায়র সেকেন্দরি স্কুল অসিনি।

(ক) পিক্লিবা অঙাংশিংনা লেম্না মতৈ-মশিং তম্নবা সরকারনা লিংলিবা লরার প্রাইমারি স্কুলশিং, মথোংচাদবা বিলদিং, ফাল অতেক্ক-অকায়না য়াম্বা খরা, চোক্লা ইবদা মখি তাকাথত্রবা ব্লেক-বোর্দ খরা, অনৌবা সিলেবস্কী সবজেক্ট ময়াম অমা, অঙাং চবুন অমা, মনিপুরী ওাক্ত তম্নিঙৈগী ক্লাস আইট পাস তৌবা ওজা অমা/অনি অসিনচিংবনা স্কুল অসিগী মরুওইবা মচাক্লি। অচুবু, হৌজিক্তি পিঃ ইউঃ পাস তৌবা ওজা খরদি পেন্সন কংব্রবা ওজাশিংগী মহুৎ শিল্লরে। অচুমওইনমক, ওজাগী মপীংগা মতৈয়োয় অমদি সিলেবসক চাংদয়বদা ইচা-চানদবনা অঙাংশিংবু খঙ-হৈনবা তম্মীবা য়াম্না য়ানা থোকই। অচুগীমু মথক্তা ওইরিবা কিতম অচুদা তন্দে-মান্দেনরবা ওজাশিং মতম লেম্নবা তম্বিবনা অয়াম্বনি।

(খ) লরার প্রাইমারি স্কুলদগী প্রমোসন ফংলবা মতৈয়োয়শিং মথংগী থাক জুনিয়র বেসিক স্কুলদা মখা তমখৈ। অয়াম্বনা লরার প্রাইমারি স্কুল বিলদীং অচুনি; তম্মীবগী মতম থেম্নবতনি। পুরিবা-য়েম্নবদি লায়রদনা মনিপুরী ফাওবা পাবা রাগ্নিবা মতৈয়োইশিং অচু কোয়বোই কোয়বোদই ওজা খরনা তাকপি তম্বিনবগী থুংগু থুংলায় মতাহুগা কাবক-কাবক তন্দে-মান্দে থোং-লাউহুনা তম্মীরগা প্রমোসন পীহুনা থাংগৎলক্লে মথংগী থাক্তা।

(গ) হায়স্কুলগী থাক য়োয়রক্লবা মতমছুদা ঙ্রাজকয় তৌথোক-তৌশিনবগী কোক ঙাওনরবা ওজাশিং, অমতোয়মক, ওজা পাম্মীপাখদগী মহৈরোয়শিংগী ষ্ট্রাইক, মরকশিদা লৈনাবকী রাথোক কয়াগী খন্দ, ষ্ট্রাইক, অসিমচিংবা কয়াগা ইথোইননা হৌরকপদগী নিংথি-সুঙায়না তাকপি তম্বিবগী মহাক্কী খঙজরক্লবা মহৈরোইশিং, মথোয়বু খঙহন-হৈহবগী পাম্বৈ লৈত্রবা ওজাশিং অহুগা খর চৈনা খর লাউবা বোর্দকী পরিক্ষা পীবা মতম ঙাইনা তাকপি তম্বিরে। মহৈরোয় মশা-মশাদা নত্তনা ইমুঙগী অহল লমন কাওবা য়াওনা পরিক্ষা থাবগী চংনবীগা লোয়ননা রাথোক-লাম্থোক কয়াগা ইরোইননা লৌরিবা বোর্দকী পরিক্ষা পীবা কাওরে।

২ চহি থরগী মমাঙদা চুমতগী খ্রষ্টানিত্তি চংপশিংগীতা ওইবা লম্নাইগী মিসন স্কুল খর লৈরম্বদগী ঙসিদি শেন্দাল লম্বী অমা ওইনা পীক্লিবা অঙাংশিংদগী হৌনা ইংরাজী লোয়া মেদিয়ম ওইবা হাইস্কুলগী থাক ফাওবগী স্কুল মশিঙ খঙদনা লিংখৎনরক্লে। অসিগুম্বা স্কুল কয়াসি লৈরমজ্রবদি লমদম অসিগী অঙাংশিং কয়া মহৈ তম্নবু লৈরম্লোই। শেন্দাল লম্বী ওইবনা অকবা স্কুল বিল্ডীং, অকবা ওজা, অকবা মচাক-মথুম, কজবা থক্মী-খামী, অকবা তাকপি-তম্বীনবগী খুৎশু-খুৎলায়, কজবা চৎন-পথাপ অসিনচিংবা কয়ানা অকবা মহৈরোয়শিং পুথোকপা হায়বসি মথোয়গী মথৌনি। মরমদি অকবা মহৈরোয় মশিঙ য়ায়া অমম্মুং লেপ্তুনা পুথোকপনা মথোয়গী শেন্দোংনি।

মহৈরোয়শিংবু মমছুনা খঙহবা অমম্মুং হৈহনবা হায়বসি স্কুলশিং অসিগী ওজাশিংগী মথৌনি। মরম অসিমা খঙহম্নবা মওং কয়া

শিজিন্নহুনা য়াম্না চাংদম্নবিঙাই ওইনা তাকপী-তম্বীবা মরম্না, অকনবা মহৈরোয় কয়া লেপ্তনা পুক্নিং থৌজহনবা স্কুলশিং অসিবু পামজ্জি। অদুবু, স্কুলশিং অসিদা তম্বা লৈরবা য়াম্না চঙবা মরম্না মশাগী শেন্থোক লৈতব, লাইরবা ইমুংগী অঙাংশিংবা তম্বদা য়াবা থোকই। মরম অসিনা শেন্থোক লৈবা, ইনাকখুন্বা ইমুংগী মচা-মচানুপিংগীন্ত ওইনা তৌই।

৩ লমদম অসিদা লৈরিবা সরকারগী স্কুলশিং অমদি লয়াইগী স্কুলশিং অনিগী খেন্নবা অমুকা মতিক চাওনা লৈ হায়বসি সরকারগী লোয়নশঙ অসিদা থবক তৌদুনা শিল-লাওলিবা মীওইশিংনা হেন্না কুপ্না খঙলবা য়াকম্লি। লোয়নশঙ অসিদা থবক তৌরিবা সরকারগী স্কুলশিং অসিগী অফ-ফত্ত য়েংশিল্লিবশিং, তাকপি-তম্বীরিবশিং, মীয়ামগী মীহুৎ লুচিংবশিং অসিনচিংবা শেল-থুমগী অয়াংপা থোইনা লৈতবা কয়ানা মচা-মচানুশিংবু লয়াইগী স্কুলশিং অসিদা তমহল্লি হায়বসি মীয়ামনা খঙন-উনখ্রিবা য়াকম্লি। সরকারনা লিংলিবা স্কুলশিং অসিদি শেন্থোক লৈজদবা লাইরবশিংগী মচা-মচানুশিংতগী ওইবা স্কুলনি হায়বা য়াই। মসিগী মরুওইবা মরমদি স্কুল অনি অসিগী পোংথোকী অফ-ফত্ত খেন্নবা লৈবদগীনি হায়বসিসু পুক্নমক্না খঙনরবা অশেংবনি।

৪ স্কুল অনি অসি হিরম কয়ামুক্তা খেন্নবা লৈ। অসুম্না য়েংবা য়াই—

১ সরকারগী স্কুলশিং সরকারগী লোয়নশঙ অমগী মিথুরেংথাদা মকোক থোংবা ওজানা য়েংশিল্লি।

লয়াইগী স্কুলশিং লয়াই মীওই অমগী নত্রগা লয়াই ওথোরিতি অমগী মথাদা মকোক থোংবা ওজানা য়েংশিল্লি।

২ সরকারনা তলব পীবা, থবকী নিঙতম্বা লৈবা ওজাশিংনা তাকপি-তম্বী।

লন্নাই অথোন্নিঙিনা তলব পীবা, থবকী নিঙতম্বা রাংপা ওজাশিংনা তাকপি-তম্বী।

৩ সরকারগী স্কুলদা অরাৎ-অপা মেম্বোক-মেনশিন ত্তৌবদা মতম য়াম্না চঙই, লোয়ননা তাকপি-তম্বীবদা চেকশিংবা রাংপনা অকবা মহৈ-রোয় পুথোকপা রানা থোকই।

অফবা মহৈরোয় মশিঙ য়াম্না অমসুং লেপ্তনা পুথোকপনা শেন্দোং ওইবা মরম্না থবক্তা পল্লহন্দে অমসুং মহৈরোয়শিংবু থঙ-হৈনবা তাকপি তম্বী।

৪ সরকারগী স্কুলদা রাজনিতিগী ইথিম চঙবা য়াবনা ওজা অমদি মহৈরোয়শিংগী মরক্তা তাকপি-তম্বিবদ তৎতনা চরক চহিঙ নাইহল্লি।

লন্নাইগীদ মসিগী অরাবা লৈতে।

৫ মহৈরোয়শিংগী অহল-লমনশিংগা অমসুং ওজাশিংগা পুন্না মহৈ-রোয়শিং শেমগৎ-শাগৎমিন্নবগী থবক্তা সরকারগী স্কুলশিংদা অশোয়বা লৈ।

প্রোগ্রেস রিপোর্টনচিংবা তৎতনা থাহনা অমদি মহৈরোয়শিংগী অহল-লমনশিংগা ওজাশিংগা পুন্না উনমিন্নহনা মহৈরোয়শিং শেমগৎ-শাগৎপদা পুন্না থোদাং লৌমিন্নবা লন্নাইগী স্কুলনা লেপ্তনা হোৎনৈ।

৬ সরকারগী স্কুলদা ওজা অমসুং মহৈরোয়শিংগীদমক অহকপা চৎন-পথাপ কয়া লৈহনসু চৎনহন্না অমদি ইহলবা রানা থোকই।

লন্নাইগীদ মসিগী অরাবা লৈতে।

৭ সরকারগী স্কুলগী মহৈরোয়শিং লাইব্রবা ইমুঙগী মচা-মশু ওইবনা হিরম খুদিংদা মখোয়গী অরাং-অপা য়েংশিনবা রাংপা অমসুং অক-ফত্তগী রিপোর্ট করবা রাংপনা মখোয়গী অক-ফত্ত, শাক্লং-লীচং অমসুং থক্লী-খাসী অসিনচিংবা কয়াগী অশোয়বা কয়া লাকই।

লন্নাই স্কুলগী মহৈরোয়শিংদা মসিগী অশোনবা থোক্টনা লৈতে।

৮ সরকারগী স্কুলদা মহৈরোয়শিংনা পরিক্ষাদা নত্তবা পাস্থ শিজিন্নবগী চাং য়াম্না রাংই।

লন্নাইগীদ মসিগী চাং য়াম্না হস্থে।

অসিনচিংবা মরম কয়ামুক্তা স্কুল অনি অসিগী মহৈরোয়শিংগী খঙ-হৈবগী থাক্ত নত্তনা হিরম কয়ামুক্তা অচৌবা খেন্নবা লৈ। মসিদগী খুন্নাই অসিদা মীগী অনেম-অরাং নাইবগী মফি লাকই।

৫ খুন্নাই অমদা চেল্লিবা রাখল্লোন, চৎনরিবা চৎনবী, অমসুং হৈনবী কয়া অদু খুন্নাই অদুগী য়ুন্থীরেল ওইরকদৌরিবা চারোল-শুরোন্দা মফি তাবা হায়বসিদি মহৌশানি। খুন্নাই অসিদা মপাঙ্গল কন্না হিংলিবা "শুবা-নোম্বা য়াওদনা মুংঙাইনা হিংবা"গী চৎনবী রাখল্লোন অসিনা পীরক্লিবা ইথিল্লি—লোয়শঙ কয়াদা তলব ফংদুনা থবক তৌরিবা কয়ানা "তলব শোয়দ্রগা লোইরে" খন্দুনা মশাগী মথৌ থৌশানদবা অমসুং মথৌগীদমক অহেবা নামং ফংনবা হোৎনরকপা. লন্নাই মীওইশিংনা শু-নোম্বগী চাংদগী শেম্থোক্না লুম্বা থবক অমদি অরেম-অপা পাম্নরকপা অসিনচিংবা কয়াগী মফি মহৈরোয়শিংদ তারক্তুনা হোৎনবা য়াওদনা দিপ্লোমা পায়নবগী চৎনবী অমা লাকহল্লে।

খঙজিবা, উশিবা, তাশিবা, খঙ-হৈনবা হোৎনবা, অখাচ কম্বা, চাং নাইনা হোৎনবা, ফজবা শাক্লং-লীচং, ফজবা থক্লী-খাসী, মখোদা

পুক্লিং চঙবা অসিনচিংবা চেনকম থোকপা মতিক ময়াই কয়ানা মহৈরোয় অমবু মতিক চাবা মহৈরোয় ওইহল্লি। থুম্নাই অসিগী রাথল্লোন, মহৈ-মশিং তম্বগী থৌশিল থৌরাঙ, রাজনিতিগী ইথিন, লৈবাক্কী রাংথোক লাংথোক কয়া অসিনা মহৈরোয়শিং মহৈ মশিং তম্বদা মপুঙ ফাবা ইঙম ঙমহন্দে। হেন্না মরুওইরিবদি শেঙ্গা-থুমঙ্গা অমদি চিরোন-খারোন্না দিপ্লোমাগী মতুংদা ইন্নরগা মহৈ-মশিংগী অরাংপা অমম্লুং অশোনবং কয়া মেনথংপা রাবগী চংনবী অসিনা মহৈরোয়শিংগী হোংনজিঙবগী পুক্লিং হম্থহল্লকপগা লোয়ননা ইহোং হোংনরুদনা দিপ্লোমা অহুদং পায়-নবা হোংনরকপগী চাং রাংখংলক্লে। মসিগী মহৈ ওইনা মহৈরোয় অমনা খঙকম-হৈফম থোকপগী চাং হম্থহল্লক্লে। অসুম্না তুংগী মুম্বীরেল ওইরক্কদৌরিবা মহৈরোয়শিংদা চেমফম থোকপা মতিক-ময়াই কয়াগী অরাংপা লাক্রবদি থুম্নাই অসিগী ফিভম করি ওইরক্তদগে হায়বসি থুম্নাই অসিগী মীয়াম্না মমুং তানা লৈনফম থোকই।

৬ খঙ-হৈবগী চাং রাংহৌরবা মহৈরোয় মশাদা নত্তনা য়ুমগী অহল লমন ফাওবনা অখঙ-অহৈ নেত্তুনা মপান্দগী পাওথুম ইথুনা চাংয়েং য়াওরিবা মচা-মশুশিংদা পীশিন্নবা হোংনরক্লে। পাউথুম চে য়েংবা অমম্লুং নম্বর ইথংপা মী ফাওবা থিনথুনা শেল পীরগা মচা-মশুশিংবু মায় পাকহন্নবা লম্বী ওইনবা হোংনরক্লে। মসিগী থুদোং চাবা লোথুনা চেকশিন্না হোংনরিবা কুইসন পেপর হুরান্দুনা য়োম্বা অমম্লুং নত্তবা কুইসন পেপর কয়া নমথুনা অশেংবা শাথুনা য়োম্বা অসিনচিংবা কয়ানা শেন্দাল লম্বী ওইনবসু য়াওরক্লে। অসুম্না, থুম্নাই অসিগী মশাগী মুম্বীরেলশিংবু অরানবা লম্বীদা লমজিংবদা থুম্নাই অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌনবগুম তৌনরক্লে। অমরোমদসু চাং থরদ ওইরবসু থঙহন্বা

ঙমগদ্র খন্দূনা চাংয়েংদা হংবা য়াবা ৱাহং পাওখুম কয়া যাওজৌনবা পীবা অসিফাওবা মহৈরোয়শিংনা নত্তবা পান্থে শিজিন্নবগী খুমাঙ য়াম্বা ওইনা থোকহল্লে।

মহৈরোয়শিংবু অরাংবা থাক্ত পুখৎপদা মখোয়বু খঙহন-হৈহন্বা হায়বসি চঙদবা য়াম্রবা মচাক অমনি। চাংয়েংদা মখোয়না নত্তবা পান্থে কয়া শিজিন্নহুনা পাওখুম পীনবা হোৎনরিবা, খঙ-হৈনবা তম্লিবা অহু খঙদবদগীনি। ৱাহংগী পাওখুম খঙলম্নবদি নত্তবা পান্থে কয়া শিজিন্নবগী মথৌ তায়রোই। মহৈরোয়শিংনা পরিক্ষাদা নত্তবা পান্থে শিজিন্নবা থিংবা হাযবসি ওজাশিংতনা থিংবা য়ানা থোক্কনি। মসিগীদমক ওজাশিং অমসুং মহৈরোয়শিং অনিগী মরক্তা থোদোক য়াথোক কযা থোক্তুনতা লাক্লিবনি। মহৈরোয়শিংনা পরিক্ষাদ নত্তবা পান্থে শিজিন্নবা থিংবনা মখোয়বু অরাংবা থাক্ত পুখৎপা ঙমগনি হায়বা য়াখল্লোন অসিদগী মখোয়বু নিংথিনা খঙহন-হৈহন্দূনা পরিক্ষাদা নত্তবা শিজিন্নবা মথৌ তাহন্দবনা হিরম খুদিংমক্তা অফবা ওইগনি। অহুবু লুরিবদি স্কূল থরথক অমসুং মহৈরোয় থরথকী ৱাফম নত্তবা লমদম অসিগী পুম্নমকী ওইবনা মতৌ কয়ম্না মায় পাকপা ঙমগদগে হায়বা ৱাফম অসিনি।

৮ মীয়াম্না ঙাংনৈ—"সরকারগী স্কুলশিং অসি লম্নাই ওস্তোক্লবদি মহৈরোয়শিংগু ফগনি, স্কূল বিল্ডিংশিংসি শান্দোকপগী অশাম্নমস্থু কারকনি। মহুনবু হেন্না ফরনি।" ৱাফম অসিনা অচুম্বা অমসুং অফবনি হায়না লৌবদা—ওজা চা কয়াগী হিংনবগী লম্বী ককথৎপগী য়াথোক, নাকল কয়াদা চাদা মরিফু লাইরবা খুন্নাই অসিগী মহৈরোয় চাদা মরিফু মহৈ-মশিং তমদবা তাবনি। ফি গুন্দবা সরকারগী স্কূলদা

উপ্পা ফাওবা ঙমদনা তোকপা য়াওনরিবনি। মরম অসিনা মায়কৈ পুন্নমক্তা অকায়বা ওইদবা রাকমদি লম্নাইগী স্কুলদা তাকপি-তম্বিরিবা অসিদগী তাদনা সরকারগী স্কুলশিংদগী প্রাইমারিগী থাক্তগী হৌনা থঙ হৈনবা তাকপি তম্বিবা হায়বনিনি।

৯ তৌইশুমলুং, লুরিবদি "ইচা-ইচা" শীঙ থম্নরিবা 'ইচা' গী থুংক্তং শাংলোইনদুনা শান্নমিন্নগদৌরিবা মঙোন্দা দাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, ছরাঙ্গা, মীহাংপা অসিনচিংবা কয়া ওইনিংবগী রাখল পোকহনগদৌরিবা কৈরোম্ন লৈকায়গী মথক থোংবশিংগী রাখল থম্নজ্রিবা থুম্নাই, নাকল অমদা, শেঙ্গা-থুমজা অচান-মীরায়, রাজনিতিগী চিরোল-খারোন অসিনচিং ঘনা ইকোং কোংনা অয়োঙ্গা শাদুনা কোয়চৎ-চৎলিবা থুম্নাই, হিংবদা ঘারবা লাইরবশিংনা মশিঙ য়াম্বা থুম্নাই অসিনা তাকপি-তম্বিরিবা ওজাশিংনা মহৈরোয়শিংবু থঙহন-হৈহন্দুনা মতিক চাবা মহৈরোয় ওই-হম্বা ঙম্নাই-তম্নাইবা থবক অমদি নৎতে। অদুম ওইনমক, মথৌ মশক খঙবা, কংথোকপগী থৌনা লৈবা অমদি তাকপি-তম্বিবগী মতিক-ময়াই চেষা ওজাশিংদা সরকার অমদি মীয়ামনা অচুম্বা মিংন্নেংদা অচৌবা তেংবাং পীরবদি মায় পাকপা ঙম্বা য়াই।

১০ মীয়ামগী রাখলোন।

১ শিক্ষম শঙলেন অথোং-অকায় লৈতবা শেংলবা লাইশঙ ওইহম্বা।

২ কংথোকপগী পুকচেল চেষা, মথৌ মশক খঙবা অমসুং তাকপি তম্বিবগী মতিক-ময়াই চেষা ওজাশিংনা তাকপি-তম্বিবা।

৩ রাজনিতিগী ইথিম্না মতম অমদি মরম চাদনা ওজাশিং থাংজোক থাংজিন তৌদবা।

৪ তম্ননবা লাইরিকশিং মশুম চানা অমম্মুং মন্নাং কান্নন্না ফংহন্বা।

৫ তাকপি-তম্বীবদা চঙবা খুংগু-খুংলায় মতিক চানা থম্বা।

৬ শেঙ্গা-থ্মজা অমম্মুং অচান-বীরায় নাইবগী চংনবীনা মহৈ-রোয়শিংগী পুক্লিং হুম্বা তৌহন্দবা।

৭ শেল-থ্মগী ফিভম কত্তবা মহৈরোয়শিংগী ইমুঙদা শেম্মোক লম্বী শীবা নত্রগা 'মহৈরোয়শিং অচুম্বী লাইরিক তম্বদা চঙবা মচাক-মথ্ন লেম্না ফংহনবা।

৮ মন্নী লৈনবা লোয়শত্তনা ওজাশিংগী অমদি মহৈরোয়শিংগী অন্নাং-অপা অমদি মথৌ তাবশিং পুকচেল তিংনা য়েংশিম্বীনা।

৯ মহৈরোয়শিংগী অহল-লমন অমম্মুং ওজাশিং অনিগী নক্কবা মন্নী কেন্না ফগংহন্দুনা মথোয়বু শেমগং-শাগংপদা পুম্না থৌদাং লৌমিন্নবা।

১০ মন্নাল লৈজদবা ওজা অমদি মহৈরোয়শিং, মথোয়গী পুক্লি অমম্মুং নিঙতম্বা নিংথিনা তাকপি-শেম্বীবা।

১১ অহল-লমনশিংনা মচা-মগুশিংবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিবা অমম্মুং মথোয়বু অচুম্বা লম্বীদা পুক্লিং থৌগংপিবা।

১২ মীপুম তিংনা য়ামত্রবদা হাইয়ুর সেকেন্দরি ফাওবগী থাক ফাওবদি লাইরিক-লাইগু তমহন্নবগী অহকপা পথাপ থম্বা।

১৩ অরাংবা থাকী মহৈ-মশিং তম্ফমগী অরাবা লৈন্নিবা কয়াসি কোকহনবা। অসিনচিংবা

মচাক করাসিনা মপুং ফাবা ওন্নগদি অরাংবা থাকী থুন্নাই অমা পুরকপা ওমকম থোকই হায়বসিনি।

১১ মশাগীদমক মশাগী সরকার মশানা শেমজনবগী হক ফংলবা থুন্নাই অসিগী মীয়াম, মশাগী হক অমম্মুং তৌফম থোকপা থৌদাং

কয়া অহু চপ মান্নবা থওমিন্নবা তঙাইকদে। লৈঙাক থৌদা লৌরিবা মীয়ামগী মীহুৎশিং, লোয়শঙশিংদা থবক তৌহুনা শিল্লি-লাঙলিবশিং তাকপি-তম্বিরিবা ওজাশিং, মহৈরোয়শিং অমসুং অহল-লমনশিং পুন্নমক থুমাই অসিগী মীনি। 'মীপুম ফিংনা মশাগী থৌদাং, তৌকম থোকপা মথৌ অয়দি পীরিবা থৌদাবু ইকাই থুম্নকম থোকই।

মপা-মমা অমসুং তাকপি-তম্বিরিবশিংগী মতেং পাংবা হায়বসি মহৈরোয় মশানা মশাবু তেংবাংজবনি। মপা-মমা অমদি ওজাশিংনা মখোয়বু 'রাখল' অমসুং 'লৌশিং' মপুং ফাবা ওন্নবগীদমক মতেং কয়া পীহুনা হোংবৈ। মথৌদা পুক্নিং চঙনা, অথাঙ কষা অমসুং নিঙহন্নবা লৈতনা হোংনহুনা অফবা মহৈরোয় ওইহুনা থুমাই অসিগী মতিক চাবা মুস্থীরেল ওইবা অহুনি মপা-মমা অমদি ওজাশিংনা মখোয়গী পান্নিবা মতেং।



# লৌউ-শিংউ চাওখৎ থৌরাং : ঈথৈ লোখোং

মনিপুর লৌউ-শিংউবনা মকওইবা শিনফম ওইরবসু পোংথোক্লা। লমদম অসিগী শিজিন্নবা কোন্নবা ঙমদবা মন্না মপান্দগী চঙদবা য়াদবা পোংলম অয়াম্বা লৈশিল্লি। লৌউ-শিংউরিবা লমসুম্না পোং-থোক্না চাংদম্নবদা পোংথোক্লা য়াম্না হন্থে। মরুওইনা কৌ নঙনা লমদম অসিদা নিংথমগী মহৈ-মরোং থাবগী খুদোংচাবা রাংপা অসিম-চিংবা মরম কয়ামুক্লা লমদম অসিগী লৌমীশিংগী শেন্থ্মগী ফিভম,

য়ুৱৈ-কৈরৈ, পুন্সি অসিমচিংবদা থাক হন্থনা লৈরি। খুন্নাই অসিগী হিংনবগী মরুওইবা মচাক পীরিবা লৌমীশিংগী ফিভম শোকচিন্নক্রিবা অহুক্কী মতিক খুন্নাই অসিনা মীপাল তাংবা অন্থুম হেক্তিল্লকই।

লৌউ-শিংউবনা মরুইওবা শিনকম ওইহুঁবা হিংলিবা মীওই-শিংনা খুন্দা-লৈতাহুনা লৈন্নিবা মকম্ 'খুঙং' হায়না খঙনয়ে। মনিপূরগী খুঙংগী লম লম্বী-থোংগী ফিভম য়াম্ন হন্থনা লৈন্নি। চাদা মন্নিকুদগী হেনবনা লাইন্নবা ওইন্নিবা লৌমীশিংগী ফিভম হেন্না-হেন্না শোক-চিন্নকপওম লৌরি। মসিগী মরুওইবা মরমদি—

১ মরুওইনা ভম্পাক্কী লৌউ-শিংউন্নিবা লম অসি নোংজুথাগী মতমদা থাবা য়াবা পাম্বী কৌ নতুন নিংথমগী মহৈ-মরোং পাক-শন্ন থানদে; মরুওইবা পোংথোক কৌগী চাথোক কাওবা চপচানা পোংথোক লৌবা ঙমদে।

২ ঈথৈ-লৌখোঙগী খুদোং চাদবনা পাম্বীনা মথৌ তারকপা ঈশিং পীবগী খুদোংচাবা রাংপদগী নিংথমগী মহৈ-মরোং পাক-শন্না থাবগী খুদোংচাবা লৈতে। চহি ভংখায় অমদি লৌমীশিংনা শুকম-নোনকম থঙদবদগী শেম্থোক রাংলকপনা ইমুঙ-মন্নুঙগী চঙদবা য়াদবশিংগীদমক কৌদা তাইনরুকপদগী চাবা কোম্নক্তহুনা শেন্দোল লঙশিন্নকই।

৩ শেন্থ্রমগী অরাংপা লৈবনা, চহি চা কয়া চুপ্পা লৌউ শিংউফম ওইরক্লবা লৌবুকশিংদা মথল মথাগী হার অমদি মথৌ তাবা ভিলহাও হিদাক মতম চানা শিজিন্নবা ঙমদবদগী চাথোক হন্থহন্নবগী মরম অমম্থু ওইহল্লি।

৪ লাইন্নিক-লাইঙ হৈবগী চাং রাংপ্পা অমম্নুং থৌশাবা রাংপদগী

লৈবাক্তী মঙং থিজিনবা রাংপা লোয়নন। হার মথলশিং শিজিন্নবগী খঙ-হৈবা রাংপনা লৌবুক্তী লৈহাও মাওহল্লুনা চাথোক হুম্বহন্নবগী মরম অমসু ওই।

৫ লাইরথনা মরম ওইহুনা ইমুঙ-মন্নুংগী অরাং-অপা ঙেম্নবা ,ত্তাংনরিবৈদা মতম কাইথোক্লুনা ফৌ পাম্বীশিং শেম্বী-শাবীবা রাংপা চাথোক হুম্বগী মরম অমসুনি।

অসিনচিংবা মরম কয়ামুক্তা থুঙ্গংগী লৌমীশিংগী ফিভম শোক-চিনহল্লকপগা লোয়ননা মচা মঙশিংবু মীমান্নবা মহৈ-মশিং তমহন্না অরাব ওইহল্লে। লমদম অসিগী মীয় ম্না তান-উনহুনা লৈরবা রাকম্নি, থুঙ্গংগী লমদা লৈরিবা সরকারনা লিংবিরিবা প্রাইমারী স্কুলশিংগী ফিভম। মসিদগী খঙবা ঙম্মী — সরকারনা থুঙ্গংগী লমদা করম্বা মিংয়েং থম্বীরিবগে হায়বহু। লাইরথনা মরম ওইহুনা লম্নাইগী অফবা স্কুলশিংদা মহৈ তমহন্না ঙমজদ্রবা থুঙ্গংগী মহৈরোয়শিংগী ফিভম ফগৎহম্বগী ওঙাই ফদবহু মীয়াম্না খন্ন-নৈনকম থোকই।

৬ থুঙ্গংগী শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহনবা হায়বসি লৌউ-শিংউবগী পোংথোকশিং চাথোক লৈনা, মরাঙ কায়না অমসুং মতম কাংদনা পুথোকপ' ঙমহনবা হায়বসিনি। মসিনা থুঙ্গংগীত নত্তনা লমদম অসিগী ও-নোম্বগী মচাক কয়া পীবা ঙমহল্লুনা লৈবাক্তী শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহনবদা অচৌবা থৌদাং য়াব' ঙমগনি হায়বা রাখল্লোনগী মথাদা মনিপুর সরকারনা তোঙাম তোঙানবা লৌউ-শিংউবগা মরী লৈনবা লোয়নও কয়াগী মতেংনা থোং করা শেম্বা, দাম কয়া শাবা অমসুং অচৌবা ইরিগেসন প্রোজেক্ট কয়া পায়খত্তুনা শিনফম অসিবু চাওখৎ-হন্নবা হোৎনরাক্লি। তৌইওম্বসুং, কয়গা অশোয়বা লৈবদগী নো পান্দমগা

থবক্কী মহৈগা অনিসিদি পুনশিন্নবা ইয়া য়াদ্রি হায়বসিমদি লোয়শঙগী মীওইশিং অমস্তুং মীয়াম্না খঙনরি-উনরি। নাকন অমদা, লৌউ-শিংউ লোয়শঙ মশামক্না চাথোক লৈবা ফৌ মথল কয়া অমস্তুং মরু-মরাং মথল কয়া পুথোক্তুনা অমদি মপান্দগী লৈশিন্দুনা কৌমীশিংদা ফংহল্লগা পোৎথোক মরাং কায়হন্নবা হোৎনরক্লি। ঈথৈ-লৌথোংগী থুদোংচাদবা অমস্তুং কৌমীশিংগী শেল-থুমগী ফিভম ফত্তবনা হন্না অমস্তুং মরু মরাং লৈথোক-লৈশিনগী অর-মায়োক্নবত নত্তনা ইমুঙগী মথৌ তাবা মায়োক্নবা হেৎনবদা নিংথমগী মহৈ-মরোং খানবগী মতম কাইথোকপা ওমদবা অশিঙবা মরম কয়ামুক্না সরকার অমস্তুং কৌমী অনিগীমরী থম্নবদা অচৌবা অরাবা অমা ওইরি।

৪ ঈথৈ - লৌথোং :

১ লৌউ-শিংউ লোয়শঙগা য়াম্না নক্নবা মাইনর ইরিগেসন্না তুরেল মচা কয়াদা দাম শাহ্নুনা, হান্না লৈজরম্বা অমদি লৈরমদবা লৌথোং মচা কয়া শেম-শাহ্নুনা অমস্তুং তুরেলদগী ঈশিং পম্পগী মতেংনা চিং-থঙ্না লৌবুক্তা পাম্বীনা মথৌ তাবা ঈশিং পীননব হোৎনরক্লি। নাকন অমদা অপিকপা লৌথোঙ মচা কয়া শেম-শাহ্নুনা লৌবুক্তা ঈশিং চাং নাইনা পীবা ওম্নবা কম্যান্দ এরিয়া দিভেলপমেন্ট অথো-রিতিনা হোৎনরক্লি। থমথিবা পান্দমগী কদায় ফাওবগী থাক য়ৌনা লৌবুক্তা ঈশিং ফংদবগী অরা মায়োক্নবা কোক্লবগে হায়বসিদি লোয়শঙগী মরী লৈনবা মীওংশিঅমদি মহৈ চারিবশিংন খঙফম থোকই।

২ লৌবুক্তা ঈশিং পীননবা অমস্তুং ঈচাওনা থোকহনবা অমাঙ-অতা কয়াদগী কন্ননবা অচৌবা পান্দমগা লোয়ননা পাক-শন্না থবক প্যায়থংলক্লিবসি ইরিগেসন এন্দ ফ্লদ কন্ত্রোল দিপার্টমেন্টনি। মসিগী

মখাদা তোঙান তোঙানবা দিভিজন কয়ানা প্রোজেক্ট কয়া চহি কয়াগী মমাংদগী পায়খত্নবা লাক্লি। পনবা য়াবশিংদি— লোক্তাক প্রোজেক্ট, খোঁপুম প্রোজেক্ট, শিংদা প্রোজেক্ট, খোবাল প্রোজেক্ট, খুগা প্রোজেক্ট অসিনচিংবনি। কয়া অমম্থ পায়খৎনবগী খোঁরাং তৌরি, মপুঙ ফারে হায়রুনা শঙ্গাবগী খোঁরম্মচিংবা পাঙথোকখিবস্থ য়াওরে। থমখিবা পান্দমশিং অহুগী কদায় ফাওবগী থাক য়েঁনা মায় পাক্লবগে হায়বহুদি অথঙবশিংনা খঙই।

৩ মীয়াম্না ইকোম কোম্না উনরিবশিংগী মমুঙদা অমথক্তং লৌখৎলগা য়েংবদা — "লোক্তাক প্রোজেক্ট" পম্না য়াই। প্রোজেক্ট অসি চহি কয়াগী মমাঙদগী লুপা ক্রোর চবুন অমা কোংথোংনহুনা হৌগৎলকখিবনি। থমখিবা প'ন্দমশিংগী মমুংঙদা পম্না য়াবা থরদি—

১ লোক্তাক পাৎকী ঈশিং লৈমত্তাক তুরেলদা থাদখিবগা লোয়ননা ইলেক্ট্রিক্কী শক্তি থোহন্দুনা লমদম অসিগী মৈগী অরাবা কোকহম্বা।

২ পাৎকী ঈশিংগী ঈমায হুন্তখিবগা লোয়ননা কংলবা পাৎকী অকোয়বদা লৌউ-শিংউবা য়াবা লম থোকহম্ব।

৩ মফমচাবা মফমদা থুংশেমগী থোং শেমহুনা খুংশেম্না লোক্তাকী ঈশিং চেঙ্গহল্লন্দুনা পীবা য়াবা তম্পাক্কী লৌবুকশিংদা ঈশিং পীহুনা লৌউ-শিংউবগী থবক চাউখৎহম্বগা লোয়ননা কারকপা থাজনানা লৈবাক্কী শেন্থমগী ফিভম ফগৎহম্বা। অসিনচিংবনি।

৪ প্রোজেক্ট অসিগী থবক্কা পীরক্লিবা মহৈদি, থমখিবা পান্দমগী ওম্ন তৈনবরোমদা লাক্লে। থবক অসি পায়খৎলকপা মতমদা লমদম অসিগী মীয়াম্না মুংঙাইজখিবা, হরাওজখিবা, চাওথোকচখিবা অমম্মুং রানা খোঁরাঙনা ঙাইজখিবহু অরাবা মায়োক্লবা ঙাইবা ওইনা থেক্লরে।

১ মৈ খোকহল্লবগী জেনেরেটরশিং উৎহন্নবা পাংকী ঈশিং তুংশিন্দুনা থম্নবগীদমক শাল্লিবা ইথাই বেরেজনা ঈশিং ঈযৌনিহল্লপদগী পাৎ অসিদা ইত্তিল্লিবা তুরেলশিংনা চহি-চহিগী ওইনা পাংকী অরুবগী চাং মাংহল্লক্লে। মথৌ তাবা ঈশিং তুংশিন্নবা হোৎনরকপদ রাংথৎককপা পাংকী ঈশিংগী ঈমাইনা পাংকী অকোয়বদা লৈরিবা লৌ ইংখোল কয়া থুমজিল্লকুনা অমাঙ অতা কয়া খোকহল্লে।

২ পাংকী অরুবগী চাং হন্থরকপনা মরম ওইদুনা ঈকংগী মঙমদ মথৌতাবা ঈশিং রাংলকপদগী জেনেরেটর মশিং শুনা শিজিন্নবা ঙমদদুনা মৈ চাং নাইনা পীবা ঙম্লক্লে। পাৎ অসিনা চহি চহিগী লেপুনা হেনগৎলকপা তারবদি পরার প্রোজেক্ট অসি সেম্প্রদ নত্তুনা পাৎ অসিনা পীরবা থুদোল কয়া মাঙখিনি হায়রবগী মিপাইবা পোকহল্লে।

৫ লোক্তাক লিফট ইরগেসনঃ

দিভিজন অসিগী মথাদদ অশাংবা অতেথ্বা খোং কয়া শেমদুনা লোক্তাকতগী ঈশিং চিংখত্নবা লৌউ-শিংউবা লম হেক্তর চা কয়াদা ঈশিং পীবগী থবক পায়খৎলক্লি। চহিদা লৌরোক কয়ারক লোকহত্না অমদি নিংথমগী মহৈ-মরোং থাবগী থুদোংচাবা পীদুনা থুক্ষংগী শেন্থ্মগী ফিভম কগৎহল্লবদা নত্তুন কারকপা ঈশিংগী খাজনানা লৈবাক্তী শেলন্থ্মগী ফিভম ফগৎহনবদা মত্তেং ওইহল্লি। হায়রসিনা থৌরাঙ অসিগী মরুওইবা পান্দম্লি।

থবক থৌরাঙ অসিদগী অমথক্তুং লৌথৎলগা রোংবদা —

১ লোক্তাক পাংকী নোংচুপ থংবা শরুক্তগী হোৎরগা বিষ্ণুপুর জিলাগী অমাং-নোংচুপ শরুক অমস্তুং ইম্ফাল জিলাগী খা-নোংচুপ

শরুক অমসুং ইম্ফাল জিলাগী খা-নোংচুপ থংবা শরুক ফাওদুনা চংলিবা 'ইম্ফাল হাই লেভেল কেনেল' মিংথোনবা, কিলোমিতর কুন্থরেংলোম শাংবা, মিতর কুন্থ্রারোম পাক্লা কবা, থুংশেমগী খ্বাই-দগী শাংবা খোংশিংগী মগুডদা অমা ওইরিবা খোং অসি সুপা ক্রোর কয়া কোকথোংনদুনা হৌগৎলকখিবনি। ফজরবা পান্দম কয়াগা শাগোমদুনা মিতম্নকখিবা খোং অসি চহি কয়াগী মতুংসি ফাওবদা মপুং ফাবা ঙমত্রি। লৈবাক্কী শরুক কোংথোকপা, মফম অমদা থোনজিন্বা অমসুং মথৌতাবা কন্সট্রক্সনগী থবক কয়া পায়থৎপদা লুপা ক্রোর কয়া চঙখ্রে। ফম-ফমবা লৌ-ইংখোল কয়া ফাওদুনা লাকপদা শোকখিবা লম হেক্তর কয়া অদুগী কমপেন্সেসন পীবদা লুপা ল্যাক্ষ কয়া চাদিং তৌহনবত নত্তনা লম অদুদগী থোক্লম্বা পোংথোক টন কয়া মাঙহনখ্রে।

১ নোংচুপ ইম্ফাল জিলাগী শরুক হৌরকপদগীদি খোং অসি লৈবাক কোংথোকপা লোইফাত্তবা, উকু কয়া শেম-শাবা লোইশিন্দবা, খোং অসি লাম্না ঈশিং পুবা থোংলান কয়া মতিক চাদবা অমসুং অকায় অতোয় থোকখিবা অসিনচিংবা কয়া অসিনা খোং অসিগী শকুম ওইরি। ইম্ফাল তম্পাক্কী নোংচুপ থংবদা পলগুম্না ঙাক-শেল্লিবা লোইজিং চৌঙশাংদগী ঙম্না শাফু কম্না চেন্থরকপা লোক কয়ানা ঈপান থাগী ঈহৌরকপদা পাক-শম্না চাইমা চেল্লম্বা ঈশিং, খোং অসিগী নোংচুপ থংবা মপাম্না ঙাকথংতুনা অকুংপা মফম তম্নকপগা ইরোয়ননা খোং-লান কয়ানা মতিক চাদবা অমদি কায়খিবদগী খোং অসিদা তাশিন্দুগা লৈঙোই পুবা ঈশিংনা লৌ হেক্তর কয়া ঈশিং থুমহন্বত নত্তনা লৈঙোই হাজিন্দুনা চহি থুদিং অমাঙ-অতা থোকহল্লক্লি। অমখোমদনা, ঙম্না

চেন্থরকপা লোকশিংনা পুথরকপা লৈচাক্তা হাক্তিল্লুনা খোং অসি ইতৌ তৌখিদবগা মান্নবা মকম কয়াস্তু য়াওরে। পুন্নমক অসি উক্করগা খোং অসিনা থমথিবা পান্দমগী শরুক থরদা ওইরবস্তু কান্নবা পীবা ওমখিগনি হায়রবসি মীয়ামগী থাজবগী য়াংমদা লৈরে।

৩ ফজপ্রবা পান্দম লৌহুনা থবক পায়খৎলকখিবা খোং অসিনা মায় পাকপা ওমজ্রিবসিগী মরম মীয়ামা অস্তুমা লৈরে। মহুদি—

১ চহি কয়া চুপ্পা সর্ভে তৌহুনা খোং অসিগী মরিম খিরকপসি ঈকং থাদনি। লোইজিং চীঙনগী ওয়া শাফু কয়া চেন্থরকপা লোক কয়াগী ঈপান থাগী শাফু অমস্তুং মখোয়না পুথরকপা ওয়া লৈচাক অসিনচিংবা কয়াগী মরমদা কুপ্পা থিজিলহৌদবা অসিমক খোং অসিনা মায় পাকপা ওমদবগী অচৌবা মরম অমা ওইকম খোকই।

২ শেঙ্গা-থুমজা অমদি রাজনিতিগী ইথিল্লা থবক অসি শেন্দালকম ওইনা লৌনহুনা থবকী মহা মপুঙ ফাজ্রিদৈদা মশা কয়াদা হেন্না শেল থাদখিবদগী শেঙ্‌নগী অৱাংপা লাকপা অমস্তুং কন্ট্রাক্টরনগী থবক কয়াদা অকায়-অতোয় কয়া লাকপা অসিস্তু মরুওইবা মচাক অমনি। অমস্তুং

৩ খোং অসিদগী কান্নবা ফংগদৌরিবশিংনা মশা-মশাগীত থল্লুনা মকম অমদি মরম চাদনা খোং অসিগী খোঙবান থুগায়রবা অসিনা মরী লৈনবা লোয়শঙগী মীওইশিংনা খোং অসিবু ডাক-শেনবদা অৱাবা ওইহল্লা, অসিনি।

৬ অংয়া, লুপা ক্রোর কয়া কয়া চঙনা পায়খৎলকপা থবক-থৌরাং কয়ানা থম্লিবা পান্দমগা পীরক্লিবা থবকী মহৈ অহুপা কয়া য়াম্না ওয়-তৈনরিবগে হায়বসিদি মরী লৈনবা মীওইশিংনা হেন্না কুপ্পা থঙকম

খোকই। অসিগুম্বা, লুপা ক্রোর ক্রোর থাদরক্লিবা থবক-থৌরাং কয়ানা মপুং ফাবা শুম্নক্লবা ফাওবদা মনা নিক্লবা ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা মাইনর ইরিগেসন অমস্তুং কম্মান্দ এরিয়া দিভেলপমেন্ট অথোরিতিগী লুপা লিশিং/লাক্ষ থরগী থবক্তি করি ওইফম থোকপগে ?

৭ অপীকপা-অচৌবা থবক-থৌরাং কয়াগী অশোয়বগী হৈনবী অসিনা মপুঙ ফাবক্লবদি ঐখোয়গী লাইরবা খুন্নাই অসি চহি থরগী মতুংদদি করম্বা ফিভম ওইরকপা য়াবগে হায়বসি মীয়ামা কুপ্পা নৈনকম থোকই। রাজনিতিগী ইথিন্দা মীচঙ থোম্বা ওইনা ভাইহাক মুংভাইনবা থম্ন-নৈনবনদি কান্নরা কংলোই। ইশাগী সরকার শেমজনবগী হক ফংলিবা অমস্তুং ইশাগী থবক-থৌরাং কয়া পায়থংনবগী থৌদাং লৈরবা মীয়ামা, পায়থংলকপা থবক কয়া শোয়হবা হায়বসি খুন্নাই অসিগী রাখল্লোন্দা অচৌবা অশোয়বা লৈবদগীনি হায়বা ভাই।

৮ থবক-থৌরাং কয়াসি পায়থংপদা মরী লৈননা থৌদাং লৌরিবা মীওই খুদিং খুন্নাই অসিগী মী ভাক্তি। অদুবু, অশোয়বা মায়োক্লরি-বসি থঙজিন-হৈজিনবা রাংপদগীরা, থোশাদবদগীরা নত্রগা 'ঐ-ঐগীভ' য়েংবা অথুবা মিংয়েংগী চংনবী অমা খুন্নাই অসিদা লৈখনরা. অমদি ওইফম থোকই। অমরোমদা, মীয়ামা অশোয়বা কয়া উছনস্তু করিগুম্বা অকম্বা রাকং অমা ফাওবা তৌদবা অমস্তুং থম্ন-নৈনদবা হায়বসিমক লৈবাক মীয়ামগী অমাঙবনি। কম্মচারিশিংগী তলব হেঙ্গংনবগীদমক্তি লৈবাক রাখোক ওইবমখৈ লাঙনৈ, তৌইগুমমস্তুং লৈবাক মীয়ামগী ওইবা মাঙদা তাহুনা লৈরবা অমাঙবা কয়া অসিগী-দমক্তি করিগুম্বা রাকং অমফাওবা তৌনদে। মীয়াম্ন' মশা-মশানা ফংলিবা হক য়াগদৌরিবা থৌদা অমদি তৌফম থোকপা থৌদাংদা

খোঁশা-ঝাশাবা ঝাংপা অমসুং হৌজিক হৌজিকী 'ঐ-ঐ'গীত খল্লকুনা হিংনবা খল্লনবদগী খোকপনি হায়বদা লানগদবা মান্দে।



# লোক্তাক কণ্ঠা

"লোক্তাক পাৎ" অরাং নোংপোক ভারততা খ্বাইদগী চাওবা মহৌশাগী ওইবা পাৎ অমনি শিংথানরি। চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী, পাৎকী অকোয়বদা তারিবা মী লিশিং লিশিংগী হিংনবগী মচাক লেপ্তুনা লীরক্লিবী, এসিয়া মহাদেশকী অমসুং অতোপ্পা মহাদেশশিংগী মফম কয়াদগী পাইরকপা উচেক মথল কয়া. লমদম অসিগী মহৌশাগী উচেক-ঝায়া কয়া চাক্তারগা অমসুং মালেমগী অতোপ্পা মফম অমদা উবা ফংদ্রবা 'শঙ্গাই' মখল অসিযু চহি চা কয়া লোৎতুনা থম্লক্লিবী লোক্তাক পাৎনি। লৈম-নিংথৌ কয়াগী, শাবী-শানৌ কয়াগী অমসুং কনা লৈজদ্রবা পিদোল্লমা কয়াগী থৌদোক-ঝারিশিংগী ইতিনফম ওইদুনা লাক্লবনি—লোক্তাক পাৎ।

২ অনৌবা চকী য়াওলদা ওসিগু খুদোল কয়া মীওইবগীদমক তান্নিবিনি। অশোয়বা হায়বসি মীওইবগী হৌনশা ওইবনম্না নত্রগা মহৌশাগী ফিভমদা অহোংবা লৈবনরা পাৎ অসিগী ফিভম অহোংবা কয়া

লাকপদগী থুন্নাই অসি মিপাইবা পোক্নরে। ফুমদি-হাওদি অমমুং পাং অসিদা ইতিল্লবা তুরেল কয়ানা পুথরকপ। লৈচাক অমদি কত্ত-হৌদি, ইহৌ থুদিং পৈশিল্লকপদগী চহি থুদিংগী পাংকী অরুবগী চাং অমুম অমুম মাঙশিল্লক্রি। হাইদ্রো ইলেকত্রিক প্রোজেক্ট অসিগী মথৌ তাবা ঈশিং তুংশিন্বা গুম্লবা ইথাই বেরেজনা হোংনরকপদা পাংকী অকোয়বদা তারিবা থুঙ্গাশিংগী লৌ-ইংখোল পাক্ককনা ঈশিং থম্নজিল্লকপা অমদি ওয়াকোন কয়াদা অমাঙ-অতা পীরকপ। অসিনা মীওই লিশিং কয়াগী অরাবা ওইহল্লক্রি। পাং অসিগী অরুবগী চাং অসিনা লেপ্তুনা অহুম্মক মাঙশিল্লক্রবদি লুপা ক্রোর চা কয়া চঙনা পারথংলকখিবা প্রোজেক্ট কয়া মাঙখিবগী ফিভম লাকপা অসিনা থুন্নাই অসিগী মীয়ামদা নুংনাংবা পে কহল্লে।

৩ অমরোমদনা. লৌ-ইংখোল কয়াগী ঈচুম পুরকপা পাং অসিদ ঈতিল্লরিবা তুরেলশিংনা পুরকপ। অমোংপা ঈশিং হায়বদি তিহ্লাং হিদাক, খুংগেবগী হার, সহরগী কত্ত হৌদি অসিনচিংবা কয়া লেপ্তুনা তিনশিল্লক্রি। অসিদা নত্তনা, নোংথক্কা পাইরিবা থৈথুনচিংবা কয়ানা ঈশিংগী ঈমায়দা লেপ্তুনা তাশিল্লি। অমুম্না, কত্ত-হৌদি কয়াসিগা পাং মশাগী পুমথরকপা কত্ত-হৌদি কয়াগা পুনশিন্দুনা পাং অসিগী ঈশিং হেন্না-হেন্না মোংশিল্লকপদগী শরায় পামশিংগা চুনদবা থোকহল্লে। লমদম অসিদা ফংলম্বা ওা মথল কয়া মাঙশিল্লক্রে। অত্তোপ্পা লমদগী পাইরকপা অমমুং মহৌশাগী উচেক-রান্না কয়া চাক্তাখিদরে। ফংলম্বা ঈশিংগী মনা-মশিঙ কয়া মাঙশিল্লক্রে। লমদম অসিগী মীয়ামদা পাং অসিনা তম্লিবা থুদোল কয়া শিজিন্নবা কিনবা ফাওরক্রে। অমুম্না, পাং অসিগী ফিভম অহোংবা কয়া লেপ্তুনা লাকপা অসিনা লমদম

অসিগী মীয়ামদা মিপাইবা পোকহল্লে। অদুমওইনমক, লোক্তাক পাৎ শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরাং অমা পায়খৎলকপগী মখি লাকপা অসিনা কদায় ফাওবগী থাক্ত কয়ি তৌরকপগে হায়বহ্ মীয়াম্না থৌরাংনা য়েংগরি।

৪ "লোক্তাক দিভেলপমেন্ট অথোরিতি" শেমহুনা য়াম্না ফজবা ভাবদা পুক্লিংদা থুক লাউনা চুংঙাইবা কাওবা থৌরাং অসিনা পায়-খৎলকদৌরিবা অসি— (ক) লোক্তাক পাৎ কংকাল ওহ্নে ক্লগা অচৌ-অশাং, তৌবা ঙম্বা অমদি শেঙ্গাও পায়বা কয়াগী লৌ-ইংখোল নত্রগা ঙায়োকোন ওইনা কনগদৌরিব্র'. (খ) রিং-বন্দ তৌহুনা ঙায়োকোন ওহ্নোক্লগা লম কনগদৌরিব্রা নত্রগা (গ) মহৌশানা থম্বীরম্বা "লোক্তাক পাৎ" অদুগী ফিভম মহৌশাগী কায়হন্দনা ঙাক-শেন্দুনা থমগদৌরিব্রা মীয়াম চঙ্গে। হিংনবগী লানকম মায়োক্লবদা মায় লৈথোকপা ঙম-জত্রবা লায়রবা মীয়াম থবক থৌরাং অসিদ থৌদাং অমতা লৌরুবা ঙমজদে! অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদনি ওইজবদা থগু-পামজবা মীওই-শিংনা থুদোংচাবা লৌরক্নুনা লমদম অসিবু লৈকংলা ওইহনগদৌরিবা। মরম অসিনা থুন্নাই অসিগী মীয়াম্না মশাগী হক অমদি থৌদাং থঙনা লাকদবা পুন্নমক মায়রোং য়াবা তঙাই ফদে। "য়ুম যৈ চাকপা মতুংদা পুম্রি তৌব"নদি খুন্নাইগী অযাঙব' ফুকৎপা ঙমহৌরোই।

৫ চহি লিশিং কয়া চুপ্পা মওং কায়দনা হিংলক্লবী পাৎ অসি সাইলকী চাউখৎলবা মতম অসিদা মতৌ কয়া অসিগুম্বা. মিপ্পাই-নিঙাই ওইবা ফিভম অমদ ওইরক্লিবনো হায়বসি থিরোক-খঙদোকপা মথৌ তাই। ওইরকপগী মওং-মতৌ অমদি .মরম খঙদনা য়ান্নবা শেম-শাবা অচুম্বা মওং তাবা রাগনি। পাৎ অসিনা অম্মুম্না ওইরকপগী

মঙং অমসুং মরম মীয়াম্না অসিগুম্বা য়াথল্লোন্দা নৈনৈ। মহুদি—

১ লোক্তাক পাৎত ঈতিল্লিবা তুরেলশিং, ইম্ফাল তম্পাক্কী নোংচুপ খংবদা থ:-রাং শম্দোক্লিবা লোইজিং চীংশাংদগী হৌরকপা তাক্তুনি। তুরেলশিং অসিবু ঈতিল্লহনা শেম্লিবা লোকশিং অসি কৈচাক য়াম্না চেম্বা ঈচেল ওইরক্নে। মসিগী মরমদি উ-রা কা-হেন্না য়াম্থৎপা অমদি তোয়না মফম হেং-হেংহনা কোকথাকুনা পাম শেম্লকপা অসিনা নোংগী ঈশিং পন্দুনা থম্বা গুল্লক্লবগা লোয়ননা কোক্লবা মকম কয়াদগী কৈচাক চেন্থরক্তুনা ঈচেন্দা য়াওরকই। অসিগুম্বা লোকশিংনা ঈতিল্লহনা শেম্লকপা তুরেলশিং নোংজু খুদিং ইহৌবগা লোয়ননা কা-হেন্না কৈচাক অমদি নাপী-শিঙবী লেপ্তুনা পুথরক্তুনা পাৎত পৈশিল্লি।

২ ইথাই থেরেক্তনা ঈমৌনহন্দুনা পাৎ মশাগী ফুমদি হাউদি অমদি তুরেলশিংনা পুথরকপা কৈচাক অমদি ফত্ত-হৌদিশিং পাৎ অসিদা তুংশিনবদা হেন্না থুদোং চাহল্লি।

৩ মথক্কী মরম কয়ামুক অসিনা পাৎকী অরুবগী চাং অসুম-অসুম মাঙহল্লকপগা লোয়ননা পরায় প্রোজেক্টকী মথৌ তাবা ঈশিং তুংশিন্নবা হোৎনরক্পদা পাৎকী ঈশিংগী ঈমায় য়াংথৎলক্তুনা পাৎকী অকোয়বদ কৈরিবা কৌ-ইংখোল ঈশিং থুমহনা অমাঙ-অতা থোকহল্লকপগা লোয়ননা হেন্না হেন্না থেঙ্গৎলকপদা মতেং পাংই।

৪ কৌবুক-ইংখোলদা শিক্তিন্নরিবা ভিহ্লাং হিদাক মখল কয়া, মখল কয়াগী খুৎশেম্নগী হায়, এসিদ য়াওবা লিক্লা অমদি নোং, পাৎ মশাগী অপুন-অশা অমসুং সহর অচৌবা অমদি অপিকপা কয়াদগী তুরেলশিংনা পুথরকপা ফত্ত-হৌদি কয়ানা পাৎকী ঈশিংদা তিনশিন্দুনা

অমোংপা ঈশিং ওইহল্লে। মসিনা শা-ঙা অমসুং উচেক-রায়াদা নত্তনা মীওইবদা অমাঙ-অতা পীরক্লে।

৫ মরমশিং অসিদগী পাং অসি কংকাল ওইরক্লগনি হায়বগী মিপাইবা প্লোক্লরে। মসিনা ইথায় বেরেজগী অচৌবা রাথোক অমা থোক্লবগী মচাক পীরকনি হায়বগী চিংনিনিংঙাই ওইহল্লে। অমমা, পাং অসি হু-চেন্না পাং অমা ওইরক্লনা অমাঙ-অতা কয়া থোকহল্লকনি হায়বগী অকিবা পীররে।

৬ লোক্তাক পাংগী ঈতিল্লিব তুরেলশিং :

১ নম্বুল—লোইজিং চীঙশাংগী অরাং থংবা শরুক্তগী হৌরকপা সম্বীলোক, সিংদা অমসুং অবলোকী চাইথোক্লকপা শরুক খরগ ঈতিল্ল-রগা নম্বুল মিংগৌনহুনা ইম্ফাল মযোল ফাওহুনা লোক্তাক পাং তয়া থা পাংমা ঈচেল তন্মী। সহরগী ঈচুম ঈতিনবা, অমসুং সহর ফাওহুনা চেন্না মরম্না খ্বাইদগী হেন্না অমোং-অকায় পুবা ঈচেল ওই। নিংথিনা লৈঙোই চেন্নত নত্তনা লৌবুক অমদি ইংখোলগী ঈচুম ঈতিল্লনা শেংদবা ঈশিংগী ঈচেল ওইহল্লি।

২ মেরাখোং—তুরেল মত্রগা খোং অসি চহি থরগী মমাঙ ফাওবদি চুম্নতগী লৌবুক্তগী চাইথরকপা ঈশিংগী ঈচুম পুবা ওইনা হৌরকই। ইম্ফাল হাই লেভেল কেনেলগী থবক পাম্নথংলকপদগী মসিগী ফিভম অহোংবা কয়া লাক্লে। অবলোক তুরেলগী ঈশিং থাদরকপা অমসুং মাক্লুং তুরেলগী ঈশিং থুংশেমগী খোং অসিগী অশোয়বা মকম কয়াদ ঈচেল তম্লকপনা লৈঙোই পুবা ঈচেল ওইহল্লে। মসিগী মথক্তা পাক চাওনা লৌ-ইংখোলগী ঈচুম পুবা য়াম্না শেংদবা ঈশিংগী ঈচেল পুবা তুরেল ওইরে। তুরেল অসি সেকমাই কেন্দ্রগী মথা থংবা শরুক্তগী

হৈৗয়ব্রগা লমশাং, কোম্মোক্ষম, নাওরিয়া পাখঙলাকপা অমস্তুং নম্বোল কেন্দ্র ফাওহুনা চেল্লগা লোক্তাক পাংকী অরাং থংবা মাকন্দা তাই।

৩ রায়শেন—নোংচুপ ইম্ফাল জিলাগী খা-থংবা নাকনগী ঈচুম পুবা মঙ্গল অমস্তুং মেয়াখোংগী মরক্তা চেনবা তুরেলনি। লৈঙোই চেন্দবা ওইজরবস্তু লৌ-ইংখোলগী ঈচুম পুবা মরম্না শেংদবা ঈশিং চেব অমস্তুং পাংকী অরাং থংবা মাকন্দা ঈতিবা তুরেলনি।

৪ মাক্লং—লোইজিং চীংশাংদগী হৌরকপা, ইম্ফাল হাই লেভেল কেনেলদা অমাঙ-অক্তা কয়া থোকহল্লিবা শাফু কষা অমস্তুং কা-হেম্না লৈচাক চেষা লোক্লি—মাক্লং। য়েখ্যমলোক, নিংথৌয়োক, হৈবীরোক অমস্তুং লোক মচা কয়ামরুম্না ঈতিন্নহুনা ম'ক্লং মত্রগা নম্বোল তুরেল হায়না মিংগৌনহুনা সেকমাই, লমশাং কোম্মোজম অমস্তুং নম্বোল কেন্দ্র কাওহুনা চেল্লগা লোক্তাক পাংকী অরাং-নোংচুপ নাকন্দা ঈতিল্লি। লৈচাক-লৈঙোই নিংথিনা চেষা, লোয়ননা জৌবুকী ঈচুম পুবা তুরেলনি।

৫ রাইয়োক অমস্তুং খুজাইরোক—লোক অনি অসিস্তু মঙ্গল অমস্তুং ওইনাম কেন্দ্রগী নোংচুপ চীঙশাংদগী শাফু কয়া লৈচাক-লৈ ঙোইগা লোয়ননা চেন্থরক্লগা ইম্ফাল হাই লেভেল কেনেলদা য়ৈথার-থিনগায় কয়া পীহুনা লাম্মোক্লগা লোক্তাক পাংকী অরাং-নোংচুপ থংব মাকন্দা ঈতিল্লি।

৬ খোংজাওরোক—বিষ্ণুপুর জিলাগী নোংচুপ চীংশাংদগী হৌরকপা পাৎ অসিদা ঈতিল্লিবা তুরেলশিংগী মমুত্তদা চীঙলক্তা খাইদগী শাংনা চেষা, তম্পাক্তী শরুক্তা খাইদগী তেম্না চেষা শাফু কষা অমস্তুং লৈচাক চেব, চহি চুপ্পা ঈচেল লেপ্তবা তুরেলনি। খোংজাও লাইয়েম্বীগা

লোক্তাক ল্যাইরেম্বীগা খৎনবদগী ঊশিং নম্বনা ওা, চুংনচিংবা অমম্তা লানশিন্নদে হায়নৈ। অদুবু লৈঙোইদি তারমগনি নিঙই।

৭ চরোইলোক :— লোংচুপ চাঁওশাংদগী হৌরকপ লৈচাক নিংখিন চেব লোকচাওনি। মসিন পোংশংবম, থিচুকৈ, নিংথৌখোং, তোঙেংপোকপী, উগোকপী নাচৌনাচিংব লম কয়া কাওদুনা চেন্নগা লোক্তাক পাংকী লোংচুপ খংব নাকল ঈতিল্লি। ইস্কাল হাই লেভেল খ্রেনেলদু লৈচাক লৈশিল্লুনা মসিগী থবক্ত অপম্ব পী অমরোমদ, মথক্ত পল্লিব লমশিং অসিগী লৌউ-শিংউবগী ঈশিং অরাং ফুরেকপদগী লৌনরকই। অদুবু খুৎশেমগী খোং অসি লাকপদগী মসিগী ঈশিংন লৌউ-শিংউবগী লমদ শিজিন্নব হৌরকপদগী পোৎথোক নিংথিন লৌবা ওন্নকপদ তারিবিৎত চরোই লোকচাওগী লৈচাক খোং অসি ফুনখিবদগী ঈশিংগী অরাব মায়োক্লরে। লোয়নবা মমাংলৈঙদগী শিজিন্নরকপ তুরেল, অরাং তুরেল হায়ব থওনব অসিসু নকমচাব মরুমদ থিংলগা থিংঙেল কয়া মখৌ লৈরক্লুনা কায়খিবদগী য়ায়া লুথন ঈচেল তমগ্রে। থিংঙেল থিংবগী অরা মায়োক্লরে। মরম কয়ামুক অসিদগী লমদম অসিদগী মীয়ামগী লৌউ-শিংউবগী থবক্ত শাথীন পোৎথোক হস্থবত নত্তন অরা মায়োক্লরে।

৮ লোক্তাক পাংকী ফিডম কায়থরকপদা রাথোক লাম্থোক কয়া মায়োক্লবগা লোয়নবা লুপা কোতি কয়া কয়া চঙনা পায়খৎলকখিবা থৌরাংশিং মাওবা তাবনি। পুরুমক অসিদগী ডাকথোক্লবগীদমক লুপা কোতি কয়া থাদদুনা মায়কৈ কয়া থোক্না কায়রা লীবা ওক্লপদবা থৌরাং কয়ামুক্ পায়খৎপা তঙাইকদে। প্যাংকী অকোয়বদা কোয়লেন চেন্বনা, মিতিংদা লাও থোংবনা অমসুং ওকিসকী কা মতুওদা কমদুনা

কম্মিতি শেম্বনা লোক্তাককী কিডম কগৎহন্বা। ঙমগনি খাজনদে। লোক্তাক দিভেলপমেন্ট অথোরিতি থক্তনা লোক্তাককী কিডম তাকৈ-শেম্বা রানা খোকনি হায়বসি মীয়ামগী রাখল্লোম্নি। মরুওইনা পাং অসিগী কিডম কগৎহন্বা হায়বসি— পাংকী অরুব। মাঙলক্লিবনিদগী কম্ব. পাং অসিগী ঈশিং অরুবা ঈশিং ওইহন্বা. পাং অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা লৌ-ইংখোলদা অমাঙ-অতা পীদবা, পরার প্রোজেক্টকী মথৌ তাবা ঈশিং রাংঙব, লৌউ-শিংউবগী ঈশিং পীনবা পায়খৎপা খোইরাংশিং মায় পাকহন্বা অলিনচিংবনি। মরম অসিনা মরী লৈনবা ময়াবা লোয়নশঙ কয়া থুংশন্নহনা থবক পায়খৎপনা হেন্না কানবা পীবা ঙমগনি হায়-বসিনা মীয়ামগী রাখল্লোম্নি।



# ময়াম্মগী হকশেল্লগী থক্কবা ঈশিং ঃ

হকচাং ফনা নাদ-য়েক্তনা লৈবা হায়বসি মীওইবগী মথল নাইত্রবা লল্লি। মথল নাইত্রবা লন চেন্বা থুম্লাই অমা ওইহন্নবগীমক থুম্লাই অসিগী মীপুম তিংনা হকচাং ফন, নাদ-য়েক্তনা হিংবা হায়বসি তম্লাই কদে। পান্দম অসিগী মথাদা অনাবা কয়াবু পাক-শন্না শন্দোক্নবগী মরুওইবা মচাক ওইরিবা 'ঈশিং', ন্তু-হেন্না শিজিন্নবা অমম্বুং মহিক-মতায় চেন্দবা অক্কবা ঈশিং থক্ক-চানবদা শিজিন্নবা ঙমহন্নবগীদমক মনিপুর সরকারগী পব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়ারিং দিপার্টমেন্টনা লমদম অসিগী চীং-তমগী মফম চাবা মফম কয়াদা খোইরাং কয়া চহি কয়া চুপ্পা পায়খৎলুনা লাক্লি।

২ ঙসিদগী চহি কুনগী মমাঙদগী কেন্দ্র অমসুং রাজ্য সরকারগী মখাদা মনিপুর সরকারগী পব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়ারিং দিপার্টমেন্টনা লমদম অসিগী চাঙ-তমগী মীয়ামদা অফবা ঈশিং যংহন্নবা হোৎনরক্লিবসি থমখিবা প'ন্দমগী কদায় কাওবগী থাক য়োৌন। মায় প'ক্লবগে হায়বচুদি মীয়াম্না ঙসি মায়েংক্লরিবা ঈশিংগী অরাবা অসিনা মরেক শোংনা উৎলি। চাঙলোন কযানা কোয়শিন্দূনা ঙাক-শেল্লিবা ইম্ফাল তম্পাক্তি। চাঙলোন খুদিংগী অপীকপা অচৌবা লোক অমসুং তুরেল মশিঙ থঙদনা কয়া অমনা তম্পাক ফাওনা চেন্থরি, কয়া অমনা থংনবা লৈবাক অমদি রাজ্য ফাওত্রনা চেন্থি। চহি চুপ্পা ঈচেল লেপ্তবা কয়ানি—লেপ্লসু কয়ানি। অসিগুম্বা লমদম অসিদা লৈকংলাগুম ঈশিংগী অরা-মায়োক্লরিবসি থবক-থৌরাং অমসুং থৌশিনগী অশোয়বনি হায়বসি মীয়ামগী মোৎনি।

৩ মনিপুর তম্পাক্তী অকোয়বদা লৈরিবা লোক অমসুং তুরেল কয়াগী খুদোংচাবা লৌত্রনা লুপা লাক্ষ কয়া কয়া চঙবা স্কিমশিং, খুঙ্গংগী লমদা থক্লবা ঈশিং পীননবা সরকারনা থবক পায়থত্তুনা লাক্লি। মফম কয়াদনা মেচিন শিঞ্জিন্নত্রনা লৈমুঙগী ঈশিং ফংহন্দুনা মীয়ামগী অরাবা কোক্লবা হোৎনরি। অত্থুম ওইনমক, থৌরাং কয়াসিনা খুঙ্গংগী মীয়াম্না মায়োক্লরিবা ঈশিংগী অরাবচুদি কোবহৎবা ঙমদবনা মরম ওইত্রনা খুঙ্গং চা কারদি পুখ্রি-তুরেলগী ঈশিং শিঞ্জিন্নবনা মতম মতমগী থোকলকপা লায়না কয়াগা মায়োক্লরি। শেংদবা ঈশিং শিঞ্জিন্নবগী মায়োক্লফম থোকপা অরাবা কয়া মায়োক্লরি। অমরোমদা, চহি কয়াগী মমাঙদগী পায়থংলকখিবা রাটর সপ্লাই স্কিম কয়া ঙসি ফাওবদা ঈশিং পীবা ঙমদনা লৈরি। তম্পাক্তী লম কাওবদা অস্থুম্না লৈরিবসিনদি

লম্বী-খোংগী থুদোং চাফাম্বর চীঙগী লমদদি করি ওইকম থোকপগে ?

৪ ১৯৬১-৬২ ইং অহুমাই ফাওবদি ইম্ফাল ময়োল ফাওবদ পুখ্রি অচৌবা-মচা কয়া লৈনমকই। মরমসিনা চান-থকুব অমসুং ফি শুনবা ঈশিং মতম অতৈ মরমগীদমক্তদি জোটাই ঈশিং থোইনা মথৌ তারক্লে। অহুনা ব্রিটিশকী মতমদগী কাংচুপ চীঙদা লৈরক্লবা ঈশিং-কোন অসিনা ইম্ফাল ময়োলদা নিংথিনা মথৌ তাবা ঈশিং পীব ওমকই। মতুংদগীদি শিজিন্নদবীনবা মশিঙ হেনগৎলকপগা লোয়ননা লৈননবা ঘুম শানবগী লম কাওবা লৈরক্তবনা লৈরম্বা পুখ্রি কয়া ফুম-জিন্নখিবদগী থক্লনবা ঈশিংগী অমাবদা নত্তনা কোল্লিক-মাইরম শেংনবগী ঈশিং ফাওবা ফংবা মানরক্লে। মী কুন্তলবা সহরগী ময়োলদা লৈমিবা হোটেল অয়াম্বদা শিজিন্নমিবা ঈশিং কংলা পার্কীনা অয়াম্বনি। ফম্নাইবশিং অমসুং শেল-থুম পায়বশিংদি পম্প শিজিন্নতুনা পাইপ লাইন্দগী ঈশিং চিংশিন্দুনা মত্রগা ঈশিং পুবা গারীশিংদগী লৈমুনা লম্নাই রিজার্ভরদা তুংশিন্দুনা থম্মগা শিজিন্নৈ। ওমজদবশিংদি ঈশিং খর কংনবা হোৎনবদা নোংমগী থবক অমা ওইনরি। থম্মোয় শোক্না শোন্নরিবা মাফম্নি—"করম্বা মতমদ থক্লনব ঈশিং অনি ময়াং কায়না ফংলকব ?"

—□—

# মীয়ামগী মিংথেংং থৌরাং-থৌশিল

মীয়াম মশাগী য়াইফনবগীদমক শেমজরিব সরকারন লৈবাক মীয়াম মায়োক্নরিব অরা-মুঙাই কয়াদ শরুক য়াব, হায়রকসিদি সরকার অচুম্বা তৌকন খোকপনি। লমদম অসিদ ওসি মীয়াম মায়োক্নরিব থক-চানব ঈশিংগী অরাব, লৌউ-শিংউব লমদ ঈথৈ-লৌখোঙগী অরাংপ, মৈগী অরাব, লোক্লাক পাংন পীরক্লিব মহৈ অসিনচিংবগী অরাব কয়া অসি কোক্নব তোংনব হায়রবসি সরকারগী মথৌনি। মীয়াম ভাবৈ-উবৈ— মনিপুর সরকারনা অশিকপ-অচৌব থৌরাং কয়া তৌদুন মীয়ামগী অরাব কয়াসি কোক্নব চহি কয়া চুপ হোৎনরক্লি। মসিমসু মীয়াম খঙবৈ — থবক-থৌরাংশিং অসিন থৌশিল ওহোক্নকপদদি থমথিব পান্দমগী ভংথাই য়োন মীয়ামদ কান্নব পীব ঙম্লক্লি। মসিগী মরমা মীয়াম অসুম নৈনৈ মথুদি :—

১  থবকশিং থৌরাং তৌরকপ মতমদ মরী লৈনকম খোকপ অমসুং মরী লৈনব য়াব লোয়শঙশিং অমগ অমগা মরী লৈনদবদগী চয়েংনব কয়া লাকহল্লি।

২  চয়েংনব মরম কয়া হোদোক্নব হোংনবদ মতম চঙহনব মতম থবক্ত অপন্থ লাকুন থবক মপুঙ ফাহনব ওয়দবগী মচাক অম ওইহল্লকই।

•  রাজনিতি অমসুং শেঙা-থুমজাগী ইথিন্দ শেন্দানকম ওইনা লৌনদুন থবকী মশা কয়াদ হেন্ন শেল থাদথিবদগী শেন্থু মগী অরাংপ লাকুন থবক মচা মপুঙ ফাহনদ অপন্থ পীনব অচৌব মচাক অম ওইহল্লকই।

৪ থবক-থোৱাং অহুন কান্নব পীগদৌরিব মীয়াম অমস্তুং সরকার, অমিগী মরক্ত মরিক চুন্না থবক অহুগী মহৈ খঙমিন্নব য়াংপল থবক্ত অপম্ব ওইনবগী মচাক ওই।

৫ থবক অহুগী শেন্দোং শুম্ন খন্নরকপগী থবকী কাঙ্গিতি য়োব ওমদহুন মায়পাকপ ওমদবগী মচাক ওইহল্লি।

৬ অশোয়ব থবক থোৱাং কয়া মায়োক্লহুন লৈমব মীয়াম য়াকং অমত্ত থমদব অমস্তুং য়াকংনবগী পুক্তিঙ থিংজিন্নব অমিরক পায়থংলকপ থবক থোৱাং করাব খোশা-য়াশদহুন মায় পাক ওমদবগী মচাক অমস্তু ওই।

৯ শেম্মোক য়াংপ লাইরব লম অমা ওইবনিব থবক অমন হিরম কয়াথোক্ত কান্নব পীব ওমনন থোৱাং তৌব তঙাই ফদে। লৈবাক মীয়ামগী য়াইকনবগীদমক থবক অমা থোৱাং তৌরকপদ থবক অহুন মরী লৈনকব থোকপা অমস্তুং মরী লৈনব য়াব লোইশঙশিং পুম্ন খন্ন নৈনমিন্নহুন থোৱাং তৌবন মায় পাক্লবগী অচৌব মচাক অম ওইগনি হায়রবসি অশোয়ব কয়া মায়োক্লব্লব মীয়ামগী য়াথল্লোম্নি। থবক-থোৱাং অসিন হিরম কয়াম্বক্ত কান্নব পীব ওমগনি। মহুদি— ।

১ লোক্তাক শেমগৎ-শাগৎনবগী থবক মরী লৈনন পাং অসিন লৈাচক পৈশিং খিংনবগী পায়থংপ থোৱাংন ইস্কাল হাই লেভেল কেনেলদ অকায়-অভোই থোকহনব অসিদগী কথ ওয়বগীদমক মরী লৈনব লোকশিংদ প্রোজেক্ট কয়া পায়থংপ তঙাই ফদে।

২ থবক অসিন খুজংগী অমদি সহরগী লমদ মীয়াম চান-থক্লব ঊশিংগী অয়া মায়োকরিব অদি কোকহন্নব ঊশিং মরাং কান্নব পীব ওমগনি।

৩ মরক থৌয়াং অসিন লৌউ-শিংউব লমদ ঈশিং ময়াং কায়ন ফংহন্দুন মতম কাংদন মরু-ময়াং অমস্তুং মনা-মশিঙ মথল কয়া লেপ্তুন পুথোক্তুন খুজংগী শেম্ মগী ফিভম ফগংহনবদ মত্তুন গু-নোম্বগী মচাক কয়া পীদুন শিম্মি করাব খুদোংচাব ফংহন্ব ওমগনি ।

৪ ঈশ্চাওন অমদি ঈকংন মহৈ-মরোং কয়া মাঙহন তাকহনবদগী কথ ওমগনি ।

৫ মরী লৈনব লোকমাইশিংদ উমং কথন অমদি মমল য়াম্বা মরেক অমদি থাউ থোকপ উপাল থাম্বুন লৈচাক চেম্বব কথন লোক্তাক কন্নদ মতেং পাংবদ মত্তুন মীওই চা কয়াদ থবক পীব অমস্তুং গু-নোম্বগী মচাক পীব ওমগনি ।

৬ লোক্তাকী ঈশিং শেংদোক্নবগীদক মরী লৈনব লোম্বশঙশিংন লৌফম থোকপ থোদাং লৌময়ুকপদ শমদম অসিগী অপুম্বগী ওইন কাম্বব পীব ওমগনি ।



অইবগী ফোংলবা লাইরিকশিং :—

১। খোঙথাং — ১ — ১৯৯৫

২। অতূখা মৈগী চীঙ — ১৯৯৭

অইবগী ফোংগদবা লাইরিকশিং: —

১। খোঙথাং — ২ — ১৯৯৭